ফোঙজব:
ঐচঃ বেগেন্দ্র
সেগালম্বী, জেলার নৈরক।

ফংকম্ থোকপ পুন্নমক অইবগিনি।

অহানব ফোঙবঃ
ডিসেম্বর, ১৯৭৬ ইং।

কোপী মশীংঃ
লিশিং অম।

মমলঃ
লুপা মরি।

ফংকমঃ
কংলা বুক হাউস,
লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল।

নম্ফমঃ
পেরাদাইজ পব্লিশিং হাউস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱারোল অমত্তং

লাইরিক অসি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী' শেলগি মতেংন ফোঙজবনি। মত্তেং পীবিবগিমদক ষ্টেট কলা একাদেমীবু থাগৎচরি।

পানবগি লাইরিক অসি লৈবিয়। ফম্বাক্ত অমদি শুমাংদ শান্নবিগে হায়রবদি অইবদগি রান-চে অমত্তং কান্ন লৌবিয়।

—অফোঙব।

## ১৯৭৬ জুনগি তাং ৯ দ জিঃ এমঃ হোলদ অহানব অমদি মতুংদ উৎপদ, শরুক য়াখিবশিংঃ

পা কাংলুপ—

১। অহৈব শেঞ্জেং — এন:জি: ইবুংঙোহল যোগী

২। সন্ত্রী নুং — ঐচঃ বেগেন্দ্র, এস রাজেন

৩। য়ারী লীব — ঐচঃ নব, পিঃ চন্দ্রকুমার

৪। শেখর — এম: স্থরচন্দ্র, ঐচঃ বীরবাহু

৫। সনাজাউ — টিঐচ: শাম্বী

৬। তোম্পিশক — এল: অচৌবী

পীঃ কাংলুপ—

৭। চাউবী — শ্রীমতী রাধে, ইবেতোম্বী লোইতাম

৮ ভাবিনী — চন্দ্রসখি দেবী, সুশীলা

৯। কিরণমালা — ঐচঃ শৈলা দেবী

১০। চন্দ্রজিনী — শ্রীমতী বিনাসখি দেবী, চন্দ্রসখি দেবী

পুথোকপঃ— সোসাইটি থিয়েটর, মণিপুর। সেগারোড ইম্ফাল।

# উপু বাক্সি

## অহানব মীৎয়েং তাভম।

[ শজিফু থাগি সন্ধ্যা য়াচংবদ কংলা পার্ক্কি নুংফাল অমদ উপু বাক্সি মোনখাংন ঙবোং থারগ তূম্মি হাবিল্ডার বিলাইতৎ। চহি য়াঙ্খোগি মথক, ফৈজোম মঞ্জুনব, খাকি ফুরিৎ ফোৎলব।

কৌজেং হায়ৌ মখোন নমহৎ বাঁশীন তেংথাব্রি নুমিৎন লুন্দোকপিরম্বদ পৃথ্বীন কিবদু ]

ব্রারীলাবঃ— নৈরস্মি নিপা অম ঙরাং
মমিংন অহৈবা শেঙ্গেং, সিপাহি
মীনম্ব হৈনজখিদ্রবা।

লদাক্কি লানভমদ অহিং অম
ঙহাক্তং উইরুবগি সন্ত্রীথৌ পুরিঙৈ
থৎপিগ্রে বিলাই হাবিল্ডারগি থব্রাই।

ময়ূমদ হল্লক্লে কাংখথাং
লৈকংদ লম্নলানলকপ উকাবীগুম
য়ুম্বান পথাপ'কি মীনশ্ব লাংদ।

তুংখৎচব শেল খর হাপ্প
উপু বাক্সি অমদি কোল্লি,
নুপী অঙাংবু শোকহন্দে।

[ শেঙ্গেংন নাগোক্তুন তুম্মি ]

**ঈশৈ**

কংলা পার্কত মুংথিল তুম্ব
হে তাইবং মালং শেবাৎনবা
ফিদম তানব শেঙ্গেং!
অহিং লাক্লে হৌগৎলো অহল
হংনিংব পেন্দব হংহৌরো :
ফরে ফত্তে নঙগি—ব্রাখল-লাইথুং।

শেঙ্গেং :—হাও কনানো? ( ফুক হৌগৎ, উপু হাম্ন মারগ তিংলি য়াংলি ) ব্রাখলগি লাইথুং! কনান ফরুগবনো। ইস, ঐ কুইন তুম্মুরমানে! পংখন্দ খনব; ব্রাখলদু থবক্ত ওন্থোকপদি ঙমদব! মদুবু নিপাব্রাও? ঐদি ব্রাখল নত্তে থবক্লে। নুপী অঙাং য়োক থাক্তুন য়ূম লিংব, য়ুম কয়ামুক্ত ফুরুপ, ফুরুপ কয়ামুক্ত সমাজ! ওইজনব

মীনম্ব তম্নব স্কুল, নমথাক লৌনম কয়া থোকহনব কার-খানা। ঐদি য়ূম লিংজররোই, ইতু ইচা লোইনমক্ক খায়নরনি। নীংখা তগ্ন নিপা অম ওইজরে। (লাওব)

সন্ত্রীঃ— নতু নচানবু য়াগদ্রনহৈ? (নেম-ন)

শেঞ্জেঃ—ঐবু মথোয়ন লোইব ভূতলাও? হৈ! কনানো অদোম্বো?

সন্ত্রীঃ— কংলা পার্ক শঙব সন্ত্রীনূংনি।

শেঞ্জেঃ—অহৃদি, নবুক শেংব চুমদ্রিং লেপ্প সন্ত্রী নূং! ইঙো! ঐন নুপী অঙাংগ খায়নরগে হায়বসি লাল্লব্রাও? অমুক্ত তাকপিয়ু।

সন্ত্রীঃ— ঙাইথো, নখোয়গি নুপী অঙাংগি মরা তাখিগে। শেঞ্জেংগি নুপা চাউবী, হৈ চাউবী! সুরাইদ লাও, নঙবু নতৈন খায়নরগে হায়রে, নঙন করি হায়নীংবা?

চাউঃ— (থোরক্লগ) নকা ওইরিঙৈদ য়ূমগি মবেম্মা ওইহনবিরম্বী ঐবু, অহল ওইরে ইচা অহুম শুরে, পাম্মক্তে খায়ন-নীংলে, য়ূমদৈ তাপ্নোকপিরগে হায়বসিবু করি ধর্ম্মনো হাবিল্ডার ।বলাইতৎ?

শেঞ্জেঃ- থোইদো শিকহৈবী ভাবিনীমা! নঙন নহা ওইরিঙৈদ নুংশিহৈবগি রং শংখিবদু হুজিক্তি মচু শিথরে, ঐবু য়াম্ন উশিৎত্রে তলবন চাদ্রবগ; মতুদৈ হেন্ন শাথীব নরালন ঐন য়াদব সমাজাগ শাজৎ লৌচৎ, পঙথদুন শেল মাং-হম্নব থৌরম কয়াগি মীচং চংখিব, অরেম্ব ধর্ম্ম কর্ম্ম, ঐগি য়েরুব কয়াদ নঙন মীচং চংখিবনি। নুপীন নীংগদব

লাইদি মাগি মাগি নিপাড্রনে। মচু খঙদব নঙগ, ঐগ খায়নব তায়।

চাউ:— ভাবিনীপাবু ঐন কদায়দ উশিংখিদ্রবগে? মৈখুদ তায়নবিনো করম্ব শীঙনো চাকত্রিববো? নুপী নিপা পূম্নমক লাইরৈবাক য়োনব ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌনৈ, থাজব ঈশ্বর নীংনৈ, মদুবু মরালনি হায়গদ্রাও?

শেন:— চাকত্রিব শীঙ ইমুংদ মৈথু কাহল্লিবসি নঙনে। হয়েং শিরগ লাংরৈবাক য়োনব ঙসিগে তাইবংপাংসি নরক্কা বক্কান থমদোক্কনো! —লাই লৈরবদবু ঐ বিলাই তংক দ্রাও খবক তোক্কদ্রাও? ঐসে নংগি লাইনে, ঐসে। মীন লিংখৎপ কারবারগি লোইব লাই থাজরুনো, মদুদ শেল য়াম্ন কৎলবদি স্বর্গ ফংবগি মতুৎ নরক ফংনি, চন্না হেন্নি।.

ঐন খায়নগদৌরিবসি নঙগদ নত্তে, নচা নুপী নিপা লংহেনব হেনবী অত্তুমগম্ব খায়নরে ঙসিদৈ, বস!

ভাবি:—ফৎ (রক) বাজি, ঐগি ইরালদি করি লৈত্রনা?

শেন:— নুপীমচাহন ভাবিনী নমান নহা ওইরিবৈ মশক মতৌদ্র নিংশিংহল্লি হায়দুন ইপান নঙবু য়াম্ন নুংশিরম্বনি। অদুবু নঙদি চহি য়ামখৎলকপগ লোয়নন নরম্নাই হিংগেদি হায়দন থায়নগি অমনব কান্নদ্রব লীচৎ শাজৎ ঈড়াৎ থোদোগি তুংখৎফম নমা হমুবীগি খুজিন থোরাং য়াম্ন ইল্লে অদুন নমাগ লৈয়ু।

াবিঃ—মদু ঐগি ইরাল নত্তে, মীয়াম খ্বাইন তৌনব লীচৎনি। হৌদোং, হূইফাওব মমান শারাক তম্বি।

নঃ— করি শা ফানব শারাক তম্বি? খয়োম চাবান, লাংদ্রৈ মতোন, চেং-থোইদিং তিংথৌ, ঝুলী টুপী, উৎসব—নহৈ নশিং তম্বদ চাকমৌবী, লমজাউ শোড়োক্ত নমিৎ থব্রান-মিচাক্র কুপফেৎ কাফেৎ। মদু ইপা পামদে মলুম চাদন ইরাং পাম্বী। ঐন থাজব রেডিও, টেলিভিজন রো-কেটপুদি নঙ য়ানীংদে।

াবিঃ—মতমসি বাজি লৈকু লৈরাইদ হঙোই বোড়োবীগুম লোৎপ কান্নদ্রে। লাইবক থীবন ব জিনস্থ থাদ কা-বিরদ্রে, হিমালয় মখোঙদ বিলাই তংলুবদৈ হেনবিদ্রে, অদুন মীরক্ত খর থেক্ত থেক নোগ নৌরুদ্রবদি রেডিও রেকেট কনাগ থেংনরুদগে? করিগিনো বাজিন কেপ্তেন কর্ণেল ফাওব কাবিহৌদবা? লৌ পরী ১০মুক্তস্থ চাবি-রম্মু, পেন্সন লুপা ৫০০ দস্থ—

নঃ— তুমিন লৈয়ু তানীংদে। (খংলাউ)
পুকচেল তিনদ্রবনিন নখোয়গ ঐগ য়ুমস্থ তিন্নরনুসি। ঐন তাল্লগ তুংখংচব উপু বাক্সিদ য়াওরিব অর্রামন্সে রারুব ঐন চাদিং তৌগদবনি, অতনব অতনবী নখোয়বু কেথোকহন্নব শিজিন্নব চুমদে। নাবালক নাবালিকা নত্রে নখোয়, নরন্নাই হিংব ঙন্নব হোৎনজরো।

উঃ— অস্থক মবুক খৎতব নিপা স্থম্ব তাইবংপান্দ অতৈ

লৈরমগত্রা ! ঐবু ঈড়াৎ পুজা— তুংখৎফম হমুবী !

ভাবি:— তাইবংমপুন মীফম হায়বদু মশক তাক্কে শেমলকপ তায় ! কিবু কিজৈ নক্ল লৈমিন্নরম্মদা !

শেনঃ— নখোয় নমিৎত ঐসে ফত্তবগি শক্তম, ঐগি মিৎতন নখোয়নী ফত্তবীগি শক্তম। উরী য়ারী, উতাংবী কাকফৈ তিনফাগুম মীঙোন্দ নপতুন হিংলনো, ঐস্থ ইনীংতম্ম ঝাইশংন হিংজরগে।

চাউঃ— থ্বাইগি মীরোল হুক্রব জঙ্গলী ওইরগে হায়রিবনিনে। কৌক্রুদ কথোক্লব কাও !

ভাবি:—ঐখোয় ইমুংগি দশা কোক্লব কালীমায়দ কথোক্লব থুনু !

শেনঃ— হোই হোই. ঐন থ্ব ইগ মান্দ্রব জাৎ তারব ; নখোয়নীন থ্বাইগি শুপী, অতৈন য়ানব চৎপী চীরোল পাম্বী।

ভাবি:—অচ্চ ! ·

সনাঃ— (গুরু লারগ লোম্ন) করিগি মকদ্দমনোসিবো, অহিংসিদা ?

সন্ত্রীঃ— নখোয় বাজিন নম-নচা নখোয়পুম্বগ খায়নরনি হায়রি, ঙাইগো, নঙ নমিংবু ?

সনাঃ— সনাজাউ কৌই। ঐদি বাজিন লুন তৌব মচা অঙাও-বনি, ঐগদি খায়নরোই !

শেনঃ— সনাজাউ. ইপা নঙগস্ব খায়নরনিহৈ।

সনাঃ— করি রাতানো. বাজিবু শিংগেরাও ?

শেনঃ— শিরোইনহৈ নখোয়ন খোঙলোদ্রগ খিং খিং হিংনবনি।

সনাঃ— ঐন বাজিদ করি কায়দুন ঐবু চাকলেম পীজনীংদ্রিনো ?

করিনো ঐদি তলবস্থ চাদ্রি, বাজিন থিবিকম্ থোকপ করিয়েস্থ ৱাংলি।

শেঙেঃ—নখোঙ নখুৎ শিজিন্নব হৈনব ট্রেইনীংনি। নঙবু নিপা অম নত্রাও চহি ২৫? নহৈ তস্মি হৈতে শিল অম-ফাও শূদে, লমজাউদ ঙাওশিন্নব, নচীন কাম্ব খৎন চৈনব ......নঙবু ইচানি হায়বদ ইকাইনহৈ, ঐগি ইমি।

সনাঃ— বাজিন মন্ত্রী, জজ, লুপা লিশীংদৈ হেন্ন চাব থবক অমত্তস্থ তৌবিহম্ব য়াদ্রাও নচা ঐস্থ ইকাইদনব? কনাগি মচানো হংব কান্দ ইপাদি হাবিল্ডার বিলাইতৎ, নত্তে খুম্ব তন-থ্রবনে। হোংব য়াদবগি খাংইবনে ঐ খাংইবা!

শেং:– হোংব য়াদব হায়ব লৈতে ঐবো। ঐস্থ মরম ওৎপ অঙাং ফাষ্ট দিভিজন্দ লাকনব অম থিরগে ইচা ওইনব নঙস্থ য়ূমশান ভারান নত্রগ তলবন লুপা লিশীং য়ৌব অঙম অথৌ অম নপা ওইনব থিরো। ইপা ইচা খায়-নরসিকো ঙসিদৈ।

সনাঃ— ঐখোয় বাজিসি ঙাওবদি নত্তে, জ্ঞান য়াম্ব তান উইদা ঙসিদি! —হা হা! ইনাক খুনব মচা নুপা লৈতব থিব তারব্রা ঐবো? নুপী মচাদি পঙবনিন থিব লায়দো থাকপ ৱাবদনি। [ চিন্তাদ চৎখিব ]

তোমঃ—(অরাপ্লদৈ) ও ইমা! ও বাজি! কংলাপাৎকি ঙামচাদৌন ঐখোয়বু ইমা ইপা য়াওদন হিংব তারব্রাও? আয়! সিদ পুম্ন—! ( থোরক্লগ )

শেজেঃ—নরিংজেল পান্দব নহাদি ননীংতম্ন চাক লাম্ন, নিংথমন হিংও।

তোমঃ—ঐখোয় বাজিবু থেঙ্গু ওনবিরব্রাও? তোর্ব্বান্দ নরুম কে ক্লম্লগ য়োকপিনি থাকপিনি খঙদনা সমক্রু য়ৌবিরগেরাও?

শেনঃ— ফদৌব অঙাংদি থাকপ কাম্নৈ, মমল হোংব মীতৌদ তম্ন হৈব জাৎতি চাক-ফি তিংনবনে, লংথোকপন চুম্মে।

তোমঃ—লৈবাক খ্বাইন মচা য়োক্লব্রিবসিদি?

শেনঃ— ঐদি লৈবাক খ্বাই নত্তে। মতিক চাদব মচ-মশুগি মকোন অচৌব শিনবিরম্নব হোৎনবদ খরন লৈবাক মীয়াম্নু নংহল্লে। নশাম্নু তীঞ্জব, পরীক্ষাদম্নু শোইগনব নখে য়দি ব্রাইশংনব হায়েংলা য়াওরা অপাম্ব খল্লগ ওনখ্রো।

তোমঃ— হায়েং ফাওব মেঁ মেঁ খোংচুন মচা মাংখিব থিনৈ, বাজিবু কে কিল্লাও মচা মুংশিব খঙদবা? (কপ্নিংখোন)

শেনঃ— তোমপিশক, নড চহি ২১ শুরে, ইলেক্সন্দ ভোট থাদব য়ারে, সন্নাওমচা নত্রব নঙদি নমা নপা থিদব য়ারেনা। নরিংজেল পাল্লবদি, নমা নপাগি মমাই ঙাক্কে হায়রবদি বি; এ; পাশ তৌররোইদ্রাও? শিনফম অম পায়ররোইদ্রাও? মেত্রিক্ক চহি ২ লোল্লগ, অহুমশুব চহিদ থার্ড দিভিজন।

তোমঃ—বাজিদি করি দিভিজম্নো মেত্রিক্ক?

শেনঃ— থার্ড দিভিজন ওইরবম্নু বিশ্ববিদ্যালয়দ ঐদি মিং চৎলিবনে

খ্বাইদৈ মমৈদ পাশ ওইব ঙম্বগি। নঙন ইতৌ ভমদোব নত্তেয়ে, নঙোন্দ ঐগি মি তাবসি উরগ ইপা ইকাই, ইমানী শক উনরগু·সি, অমন অমগি নূংশেল, তো-ঙান তোঙান লৈনসি।

তোমঃ—বাজিন ফত্তুন ঐ— ফজ্রিবনে, ঐগি ইরাল নত্তে, বাজিগিনে।

শেঞ্জেঃ—অদুনবু ফগৎনব— ইমানী থায়নরসে। নত্তে, ইশৈদ জগোইদ মুক্রাদ কাংজৈদ ফুরিৎথাও চপ্পদ শেঙ্গাও লাক-পদ খঙদে করিগুম্ব হিরমদ মীকোক থোংব ঙমদব নঙবু ইচা ওইরুদুন করি কান্নগদগে? ঐগি থীরব ইমি নঙ্গোন্দ উরে, ইকাইরে, ইমানী শক উনরনুসি!

(মপাস্থ মচাস্থ হীক হীক কপই)

চাউঃ— লাকও চৎসি অঙাংশা, থোকউ হায়বদ থোকপ ঙম্বী নমা ঐ লৈরি, করিগি রানি। ১০ দগি হেন্ন য়াও-রম্মোইদব লিকপ্রব চোপপ্রব উপূ বাক্সি অম মাংপ্রগ ঐথোয়বু— শিগদ্রাও? (চৎমিন্নখি মপাদ মিৎ খারপ)

সন্ত্রীঃ— অহৈবা শেঞ্জেং! নঙবু কপ্লিব্রাও? (লোন্ন) থায়ন-রনুদনা?

শেঞ্জেঃ—থনুংদৈ অশেংব ঙাংনব অমাদ পাঙনব মিৎতৈ থায়ন পিরাংন তেঙ্গোৎ থন্ন শিন্থসনু, থরাইবু খাংদস্থ ভৌসনু ঐ হজ্ঞরোই জজ সাহেব। তাইবং মীয়ামপুনগি মীনম্ব চৎনরোল, নমথাক লৌনমগি লৈচিন নোংফাই মরক্ত

লোৎপ পামজদ্রে, অচুম্ব ফিদম তানব নিপা অম ওইন শেঙ্জেং ঐ চোংথোক্লনি খায়নরে ঙসিদৈ মুপী অঙাংশিংগ।

[ শেঙ্জেংন শীংনবৈ মতৌদ চৎনব লেপ্লি, মতুংদ লাপ্ল নজ্রগ মশক উইন্দ ব্লারী লীবন ইশৈ শকলকই : ]

ওহ—ও নিংথৌ মনাই চুমদ্রিং চৎপাও।
উতোন ব্লাতোন কারগ চৎ
তু-খোংন কুমদ্রুন লান
কদায় তান্ন চৎতৌরিবা
মুপী অঙাং হন্ন য়েংদা ?
করম্নো নঙবো, করম্নো অথৌবা
লৈবাক মীনোক চাউবসিদা !

( অয়াকপ খোন্দ যন্ত্র ইশৈ শমথখিব— )

# অনীশুব মীংয়েং তাভম

[ সুংথিল, শেঙ্গেংগি য়ূমজাউ মাঙ্গোন্দ, ফমেন্দ ফক, মথক্ত ফিঙৌ অম, উগি মোন অম উই।

পায়জমা শেগাইব শেৎ, মোজা ফুরিৎ মহুৎ মহুৎপ হকচীক লাংব লিৎ, চপল নাম তোং তোমপিশক্ত মকোক্ত লৈবাক পোলাং অম য়াংন পু থোরকই, মুরুম মুরুম শোল্লকই মচীন্দ। ]

তোমঃ—নোং হেক তাবগ থূম্ব লম্বী থোম্নব থবক লৈরমদ্রবদি ঐখোয়গুম্ব মীরেম পোক্রমদব য়াই। ঐন পুরিব কোকথোং অসিবু য়াংইত্রা লূম্লিত্রা ? তৌনব থবক লৈবনিন ঐ কাম্নদ্রব মী ওইব য়াদে, কোকথোংসুম্ব অহুম পুব ভস্ব ঐন অমত্ত পুরিবসি য়াংলিব নত্রা ?

( রাখল তৌর তৌরগ লেপ লেপভুন ভাংব, মতেক অম অমুক চৎপ। )

শাজিন্নব তোঁশিন্নব হিংবগি পাম্বে ফরব অমনি। ঐবু ঐখোয় বাজিন মচা মান্দে হায়দুন মচা মানব ১/২ খিরি। মতৌ মালহনব হৈব তায়, অফব এক্টর অম ওইনব। ( লুম্ন রান পোলাংদু ভহাক পুই ) হেরা, হৈনিদা ! ( পোলাং লংথোকই ) ঐগি ফেনাৎ নামন

মরী তৎলিবসি ইপা লৈত্রে হায়ব খঙদবজাৎলা ? বাজিগি চন্দোল উপুদু— মহৌশাদি শেলগা ফন তাবনিদা !

( চৎলগ চন্দোল উপু লৌথোরকই, শংত্রিব য়েংলগ )

মসিবু শেল য়াওব মানব্রা য়াওদব মানব্রা ? উপু, নখোয়সু এক্তিং হৈব্রাও ? খরদি য়াওব মাল্লিদা ! ( হাংদুন য়েংবদ য়াওদব—, ইস্থোকপ— ) মাল্লগ খাওদেনহায় ! ঐবু তুম্বিংলব্রা তুম্বিংদ্রিব্রা ? ( উইদুন চৎপ ) মুংথিন্দ তুম্ব মীবু জাপান্দদি ঙক্ল য়েংনৈ হায়। ইমান অয়ূক্তে মুংথিন ফাওব পাঞ্জিদ্রা মাইবীদ্রা, বাজিগি ব্রা হংখিবদুবু পাউ তানীংলেদা ! ( হিপথখি )

ভাবিঃ- পোলাংনে, চন্দোল উপুনে, ফেনাৎ নামনে, ইবোপিশক্রে —করম হায়ন মরীসি ঙসি মুংথিল মাঙ্গোলসিদ তারম্মিবনো ? পোলাংদ চন্দোল উপু হাপ্লকপ, ফেনাৎ নাম তৎতুন তাহৌব, য়ারহুন ইবোপিশক্র হিপ্ল, চুম্ন ইব তারবদি লুব জাৎনি। হৈ নিপামচা ইবোপিশক ! নঙবু তুম্মিব্রা তুমাশন্নরিব্রাও ? ( ইবোপিশক নাখোকই) কৌরব মতুংদ নাখোকপশিনদি তুম্মে হায়রিবনি। তুমমবদি ফুরবসু নাব হৌনদে। ( নীংজোন্দ থুঙুম্ন থায়)

ইবোঃ—নাইনে, কারনো ইচে। ( হৌগৎতুন ফম্মি )

ভাবিঃ—১, ২, ৩, ৪ —নখোয় মরীসি করম্নসিদ মাঙ্গোন্দ ?

ইবোঃ— লাইরিক লেংবীন খঙদ্রেনে, ঐ ফোংগে তাও :

বাজিন তৌরম্ব থবক্তি মখা শমথব ওইন লক্ষ্মী অকুৎ-
পদ লৈবাক পোলাং ১ নোংমগি হৈরুরে।

ভাবিঃ—নোংমদ পোলাং অম ?

তোমঃ—লক্ষ্মীদৈ ফেনাৎ নাম খুল্লকই, অতোপ্প নামদু বাজিগি চন্দোল উপুদ য়াওরম্ব য়াই হায়দুন থিবনি।

ভাবিঃ—চন্দোল উপুদ ফেনাৎ ?

তোমঃ—থিবদ ব্বারদুন বাজিগি পোথাভমদ মাগি মমি এৈন না-খোরম্বা। মাদ্রা ইচে ?

ভাবিঃ—চন্দোল উপুদা ফেনাৎ করম্না ?

তোমঃ—মথোং হুক্কব লোন্দানে, শ্রাদ্ধ ষষ্ঠীপূজাগি দক্ষিনা বাজিন চন্দোল উপুদ হাপ্লে, খোংউপ লৈব য়াব শেলবু চন্দোল উপুদ হাপ্প তৌহৈ খঙদে তোহৈদে খঙদে।

ভাবিঃ—নঙন নাখোকপদু মান্দে, এক্টর ওইব য়ারোই।

তোমঃ—মান্দনব তৌবননি।

ভাবিঃ—নঙন অসাই অয়ুক কৌরুনি চৎখিব নিপাদু উন্নরকত্রাও ?

তোমঃ—মশক মতৌদা ভায়ব ফূরিংখাউ পান্দব মাগি মহুৎ এনাক থুনব মচা অম উন্নরকই, মহৈ মশিংস্থু হৈব।

ভাবিঃ—মদুদি মুপী ওলহল্লো নঙগি।

তোমঃ—এৈদি ক্লাস ব্বান এক্টর অম ওইদ্রিবৈ মীচীন থাকপ ঙম্মোই।

ভাবিঃ—এৈসু লাইরিক লেংবী অম ওইনব— য়েংব মুংঙাইব পোৎ,

থৱাইন ত'ব শক লোইব তাব। খোইদাদব য়ুম্তমদ অনৌব ৱাখল লৈপাং শাৎপ ৱাই।

তোমঃ—খোইদাব খোইদাদবগি ৱাদি— ইমাগি খাকইব চাক শরুকসি ঐডেন্দদি খোইদাৱবনে।

ভাবিঃ—হোৱেল ইমা কল্লুগ খন্নৌ, মাগি শরুক্সি।

তোমঃ—হোৱেল নুংদাংবু ঐখোয় চাকখুম?

ভাবিঃ—চাকখুম লৈ মুৎতবদি হোটেলদ।

তোমঃ—হেৱা, ঐবো? ফিল্মদ অমুক্ত কুম্বিয়ু হ'য়দুন মীন কোয়-ত্তান তান্নৱিবনে। ঐন লীলা খর তমখিগে হায়দুন খাংহবনে।

ভাবিঃ—লীলাদ পুক থন্ন চাব শারকউ— য়ুমদ লামদনব।

তোমঃ—বাজি, নঙন উপু বাক্সি কোল্লগ মাংখ্রিবদুবু নচা ঐ চাক লামগল্ল হায়ব খঙদ্রাও? দুনিয়াসিদ চাক লাম্বদৈ হেন্ন হৈনদব অতৈ করি লৈৱিবগে? (কপই)

ভাবিঃ—তুমিন লৈয়ু তানীংনে, বাজি চৎখ্রে, নিপামচা থোক্ল মহুৎ শিনব ঙম্নব থবক তৌগেদি হায়দন চাব ফংনব নিঙাইন করি কন্নবগে? কাইবংপানসিদি মনা পঙব ঙাক্কনি, নঙন কপ্পিবদু কনান তাবিগদগে? তহনগে হায়ৱগ নমাদু থিরুচো, শেখরদুম্নু উন্নরকউ—টেলিগ্রাম

তোমঃ—ফেনাৎ মরী লৈংক্কে, রিক্সা ভারাগ।

ভাবিঃ—( অৱেংব শৈরেংদু শকই, শেম্মি )

নুংশিব হায়সিম্নু নুংশিহৈ সত্য—

মুংশি, মুংশি—মুংশিহৈ।
মীন খাম্মৈ 'শিরুম্নু, 'শিরুন্নুকো কত্তে
মরাল কয়াম্নু শকলৈ।
ফেংদহলি মরালড্রু এরন, মগুন্দু ইরং লংখহৈন
খুদাংড্রুম এগি চোকইহৈ।
খাম্ম খাম্ম হেঞ্জুম মুংশি,
করিনোহৈ নঙবু মুংশিবা?

শেখর: রাবৌবিম্নু, এবু ঙসি শৈরেং লৈরাংদ কারকপ ভীনখাক্ত তারদ্রে?

ভ বি:- থেঙন থোকপ বসন্তগি খুনিং, মেমী খান খোইরাংন ঙাইজরম্মিব।

শেখ:— রাকচীং মতুংদ উনখা তারে, শজিভুদ নোং-মুংশিংন লেন হৈথরে হায়ন তায। মোরোক হৈরোক, হিদাক মনা হৈনৌ মচাদি—

ভাবি: হিংবা পরীক্ষা থেংনব তাবনি।
অহাংব থবক মেন্নব খবরদ কৌনরিবশিংড্রু নাতৈ চাব—?

শেখ:— কযা থেংনদে মরৈ চানবদি। দোকান অচৌবদ পোৎ য়োন্নব মী পান্মি হায়ড্রুন হংউববু মুপী মশা নানবী পান্মি হায়রকই। মমায় রাওদবীদি এ কাওব কংদ্রিহৈ হায়-রম্মগ লাক্লব! হুজিক এন কংব য়াই খাজরিব থবক অমত্তুংদি লৈরি।

ভাবি:—মদুন কররম্বা, সরকারগিরা লম্নাইগিরা?

শেখঃ— সরকারগিদি মণ্ডিলাও মনীংথোঙও ঐখোয়না লম্বী খুঙ-পোৎনত্তে অমম্বদ। লুখ্রাবী ইনাক্সি খুনগ্রবী ভানোই, চহি ৪০ লাল্লবী অমগি সেক্রেটারী মেনেজার সুপ্ল।

ভাবিঃ—দরখাস্ত থারুরব্রাও? ফমেন্দসু—

শেখঃ— থাদ লুপা ৩০০, থবক হৈরবদি থা ৩ গি মতুংদ ৫০০ পীনি হায়। মুমিৎ অফব য়েংলগ হোৎবা নি হায়রক্লে। এঃ, নুংঙাইগ্রব কারগি ফম্প্যাক!

ভাবিঃ—ও বাজি! মচা নুংশিব খুঙদব নংদি অউনপোৎকি—রাখলগা খন্দন পোৎপু জুরান থাদরম্মগ খৌশাগ্রে হায়দো গ.ড়ীসন।

শে.— হৈমা! করিগি কপ্পিবনো? সে, নপিদো তৈথোক্কে, লৈবাক্ত অরেম্বদ তাথনি পাম্মুই। ঐন চাদৌরিব তলব ৩০০ খুঙদে, অদুন নঙন অপাম্ব নরিক নকোল নফি নরোল—

ভাবিঃ—শোকপিরকনু তল্লি তাঙাং, পামজদে লিক কোল ফিরোল অমনব সেকেণ্ড হেন্দু।

শেঃ— ষ্টেনশেস ষ্টিলনে, থোইন কৈস্থু— (মনাক্ত)।

ভাঃ— অদু ওইরবসু তল্লি।

শেঃ— কাজল থারব খুৎপু মিৎলুদৈ শিন্থুখব পিরাংদুন সাক্ষী লুপা ১০০ পমখো, চামাপল চাব থবক ফাওব তৌরোই, আইব্রো পেন্সিলন য়েকপ নঙগি পিশুমদুন খিৎতং শুকপদ থদৎননি নুংশি মিরাংপুম্ব নিংথৌগি মজাইবেম্মগ

25961



য়েৎনখিব। কৈগি ময়া শৎলুগে নোংশাগি মকোই-
ফাওব ফোইরুগে, লাইজ ঈপাক্কি ঈৎক থাগোম্নবী নড়ন
য়াথংবু পীরবদি—

ভাবিঃ—( মডকলৈদ্রন য়েংলগ ) মতাংতি লায়ম হৈদা নিপা হায়ব
জাংসে। অস্মম হায়ন তৌরদবু নুপী কনানা খাংব
ঙমগদগে! ( তুমিন্ন ঙহাক )
ইশ, ইশ! ( মখুৎ মশাদ্র থেকই, তিংলি য়াংলি, হাই
হুম্মি )

শে :— হয় কৈনো? কাদৌরবগে? ( মনাক্ত চংই )

ভাবিঃ—কৈস্ম নত্তে, খাংইবনে। অস্ববাদ হন্দোকউ।

( শেখরন হন্দোকখি, ভাবিনীন হায়ফেৎ য়েং-
লম্মগ মরেংজু দ মখুৎ কারন্নরগ পায়—মমিৎ
উইশিললি )

শে :— মহোশা তৌখিব্রাও? —শাবৈ হৌব হায়দুরাও?

ভাবিঃ—নত্তে, কৈস্ম নত্তে। কদায় নখুৎতু অমুক্ত—

( মখুৎ য়েৎক য়েৎক খুরক কারল চন্নরগ খিত্তং
মূরৈ, মুংশা মপী— থাদোক্লগ কন্নৈ )

শে :— ফরব্রাও?

ভা :— খর ফরে। ( মুংশা হোজৈ ) বাজিন মচানিপা অম
কৌরিবদু তারব্রাও?

শে :— তারে. দরথাক্ত থাখ্রে। ইন্টরভিউদ করি করি রাহং
হংলকপ য়াই? ইপা লৈত্রব ঐখোয়দদি ফরবজাৎনি।

ভা :— ওইদব কযা ফজন মান্ন ঐঙোন্দ তৌখিব তাৎতুন্ন ঙাংলগ লোইরে। য়াম্ন নুংশিনি, তৌবিমল খঙনি, ইথৌ নিংথিন তৌনি অসিন্নিব। চৎলু নোংশা মকোই থৎ, সিনেমা য়েংউসি মাং থাও—। ( চৎমিন্নখি )

[ নাকল অতোপ্পদৈ চাউবী অমদি চন্দ্রজিনী ফনেক মপান নাইব শেৎ ইন্নফি অমমম ইন্দুন লাকই। চাউবীদি কোষ্ঠি ২/৩ সু পায়রকই ]

চাউ:— অঙাংশা কনা কনা লৈ? লোইনমক কোইথ্রবজাৎলা —মোড়াদ ফম্মু চন্দ্রজিনী।

চন্দ্র:— ঐদি দোকানদ পোৎ লৈরুদোরিবনি, থেংখ্রে, করিনো নঙন শায়নীংব হায়রো ইচে চাউবী।

চাউ:— য়াম্ন নোকনীংব ব্লানিদা, নঙ শাওদি শাওমুকো।

চন্দ্র:— নোক্লিব ব্লাশিদ শাওব ফনবান। করি শাওরুদগে?

চাউ:— হুজিক নঙবু ননীংনখা তম্ন লৈরব নত্রাও?

চন্দ্র:— নীংখা তম্মুব্রদুন লৈকাংগি মো মখৈন মুংশা থীনরপোৎনি।

চাউ:— শা অমত্ত ফাবিয়ো হায়দুন নেক্কে তৌবনে।

চন্দ্র:— করি শা কদায়দ লৈবা? তেখাওগি শামুরাও?

চাউ:— ঐন লোইরম্ব শামুদা, য়োৎহ্নিলং থৎলম— লমশা ওইন চৎখ্রে। হুজিক হোটেল অমদ ভারা পীরগ মকোল শাখ্রে।

চন্দ্র:— খওইব্রনে?

চাউঃ— ফাগী নত্তে থব্রাই চাক্ল হায়রিবনি। মাইবী শেল হুল্লুরে, পাঞ্জিদম্ভ দশ য়েংউরে নহাকুম্বী নহা অমন খুরৌ থাংলগ য়ুমদ তেনা কে ন্সিনব য়ানি হায়রকই।

চন্দ্রঃ— হৈং। ঐন করম্ম খুরৌ থাংউনি? হা হা, হা...(নোকই)

চাউঃ— নঙনদি নোকইবা, ঐদি কপ্পবনে— শাওনীংব ইকাইব পরীং মুংশিব পুময়ান। নঙগি নত্তেংন ইচাশিংন মথব্রাই চাকইবসিগি লমন অমুক্ত খুমজগে। (খুরুম্মি)

চন্দ্রঃ— ননীং থুংজৌ। (ফাক ফাক নোকমিন্নে) শামু লমশা ফানব লাইরা মন্ত্রবু চহি মতাংনরা, ইকাউ কাউরেনে ঐবো।

চাউঃ— ইরাই লাইব জাৎনি, ঐন তনবদৈ শাদু নাম্বোকখিবনি, হুজিক্ক নীংঙম্মকত্রে ঐস্থ। মহাক্কি অচুম্বদ ঙাঙনব পাঙনব লাক্লব নিংথৌ মনাই চুমদ্রিংনে। নহাক্ল ফজন তাং তৌব, ওইদব কয়া ফজন ঙাংব মহাক্ল পাম্মিবমথৈ পাংথোক্কন রাশক্লব বস মাই পাক্লে।

চন্দ্রঃ— অরুব হায়ববু ইচে চাউবী. লীলাগি এক্তিংগুম মুংশিনব শাবদৈ চান্নন মুংশিনথ্রবদি— অশাবদৈ অশেংবদ শৃং নাম্থখিব, কনান খঙনি, তাইবংমীনি তম্ম ঙমদে, নঙ শাওরোইদ্র ও?

চাউ— শাওরোই সত্য, মীন ফাথিদোশরুক ঐন নেকচব নঙন লোইশিনবিব ফৈ। নঙন ঙমজব মথৈ শেল হাৎলু, ঐগিস্থ খর থুংলকউ, ইমানী য়েন্নসি। মমৈদ ঐ মাবু থোকচহৌগে। (থোকমিন্নখি)

[ সনাজাউন মাংথা— মতুংদ কিরণমালান
তম্ন ইন লাকই ]

কিরণঃ—করিনো তাম্লাজাউ হায়দোব হায়রো, ঐ থেংগ্রে'মি। নন'ও মুপাসিস্থ কৌশিল্লকও ইমানীদ লৈব তললি।

সনাঃ— মোড়াসিদ ফম্মু, ঙহাক্লনি। ওহ— তোম্পিশক, হায় হোটেলদগি চা খর পুরকউ কংঙোরা বোরাবা খরস্থ হোব ঙায়রগ পুরকও। ঐখোয় ইমাদু চাক চাদ্রিমানে চাক খাকপ উই, চরা ব্রানখিসিরা ?

কি :- চাক্লি তল্লি। তোম্পিশক! ( মখুৎ হৎলি )

সনা:— ঐখোয় মনীংদ আদগি মোংশোংসিদ হৈজাম্পেৎ মুনকিকে মুরব পাল্লি- হেক্লুন চারুসিরা ?

কি ঃ— নহাক্ত অস্থকপদ চৎমিন্নব তন্দ্রাও? করিনো চৎলগে হায়দোব হায়রো।

সনাঃ- ( শকফম হঞ্জিন ) ইবেম্ম, কিরণমালা, নহাক নবুংগি মদং অমতুং তৌবিদব য়াদ্রে। মায় হায়গনু সনা।

কি :- ( ইকাইন নোকঙ্গৎ ) তকপিসি তাদ সনাজাউ অথোব, লম্মীদ ঐবু মীন চিংখিগদবনৈ কনবিথিবদু কাউজদ্রি, অথোবগি লমন তোঞ্জরি। তৌবদদি নচনবু ননাই ওইরো লুহোংঙসিকাদি হায়বিরক্লনু।

সনা:— ঐখোয় হিঙ্গোলদ হোব খোংদ্রম মাইরেল পান্মী অম শাংন মরী চৎ মীগি হিঙ্গোলদ মহৈ চাউথোক চাউন য়ানখ্রে। ইবেম্ম নংগি নতেংন নত্রবদি মীগি হিঙ্গোলদ ঐন চং হেকউব য়াদ্রবনে।

কিরণঃ—কয়া চাউব খোংজ্রম মাইরেন কদায়দ হৌবনো, করম্ন হুরানগদবনো— ঐ ভাব তাদ্রে তাস্নাসাউ।

সনাঃ— হুরানবমুক তোংব কারবার চুনিয়াদ লৈতে। মুংস্ন মুংঙাই-খ্রবা— হৈবু হৈরবদি ফাদনব হুব। ঐদি থবক অতৈ ভৌজরোই হুরাঙলি, নখোয়গী ৭ থাকপ ঙম্নব।

কিরণঃ—য়াওগভদ পোৎ হুরানবতু ঐদি কিজৈ, স্বাই স্বাই লাওই, নীংদোন্ন তিংতিং—।

সনাঃ— হৈতচুন ফাখিনি হায়বগি কিবননি।

কিরণঃ—খোংজ্রম মাইরেন হায়বতু কয়া লাপ্প হিঙ্গোলদনো?

সনাঃ— চুড়ান্তাবন মচা হ'ৎলি হায়নবচুনি ইবেম্মা, হিংবদ রা-নরব মতমসিদ পঙতক ভৌবশিংবু, পঙদ্রবস্ন মুংশি হৈবদগী পঙব তাবশিংবু লমহুৎ থরন য়োস্থোক্লগ চানৈ। থরাইন চুমদে খম্ন খম্ন ঐখোয় বাজিগি মথাদগি উপু বাক্সি ফকপ তারি ইমানী চং

কিরণঃ—ইসঃ করম হায়ন ঐদি কিজৈ। হুজিক্ন নিক্লে!

সনাঃ— কিগনু— অরাইব পাম্বেননি। ঐখোয় বাজিন অফব মচা নিপা ১গ নুপী ১গ পাম্মি হায়চুন পাউজেদ লাওরি, দরখাস্ত কৌরি। মুংঙাইখ্রব বাজিনি, কিরুনু কৈ নত্তে।

কিরণঃ—তারে ঐখোয়স্ন, নমাতোন অমস্ন কৌরি হায় স্নুকোক্তু।

সনাঃ— নমিৎ কোইরাওনবী ইবেম্মা, থা অমত্তংদি মচানুপী শাবিরু হায়বনি নঙবো। অশেংবত ঙাংনি, মপা মুংশিব খঙনি হায়ব থাজহল্লগ লোইরে। মীরোল হুক্তব অহলনে।

কিরণঃ—মুংশিদন মুংশিব শাব ওইদববু মায় ভাংব অরাইব
থবক নত্তে। অচুই মথক্ত, হৈনরোই, ইকাইজৈ। তল্লি
ঐ ভম্মোই, তাস্ন ক্লাউ।

সনাঃ— কৈস, ভমদব য়াপোৎ নত্তে। নঙস্মু লিককোল ফিরোল
য়াম্ন ফংদোরিবনি। ভমদব য়াদে।

( মখুৎ নাম ফারগ লৈথেকই )

কিরণঃ—অয়ো ইমা, অয়ো য়ো, খুৎ তেক্লনি হায়বনি।

সনাঃ— থাদোক্কে ভয়নি হায়য়ু, রাগদব থবকস্ম নত্তে।

কিরণঃ অয়ো, অয়ো ইমা তাকু হূরানবা থাদোকও হায়মি।
তোমপিশক! ঐবু খুৎ থুদেকহন্নব কৌরব্রাও?

সনাঃ— নঙন মী ময়ুমদ তাংদুন কৈরিবদুদগি হেন্ন মুংঙাইন—
কে মৌত্নন অহাওবদ চাদুন লৈরুদোরিবনি। ভমগনি
হায়য়ু নখুৎ তেকনীংদ্রবদি—

কিরণঃ—অয়োনে, শিবেনহায় হিংচাব। থাদোকওসে তঞ্জররোইয়ে।

( থাদোকপদ মখুৎ নান্দুন কপ্নুন লৈ )

সনাঃ— কৈদোন লম হেল্লি, নঙগিস্ম ঐগিস্ম কাম্নব থবক্ত তনব
য়াব্রাও? লাকও চৎসি দরখাস্ত থারুরসি।

( মখুৎ পায়দুন পুথি )

[যন্ত্র ইশৈ মুংঙাইব মতেক ১, মমথব মঙালদ]

রারীঃ—লাইন মী শাখিবদি উহৌদে মীন লাই শাবদি য়াম্ন
উনরে। ময়ুমগি নুপীন লমলানবি ওইব্রে, নৌন খঙনবী
চন্দ্রজিৎগি মাইওকরাদ য়ুম্বানলোন্দ্র শেঞ্জেং শেম্মুং ওনব্রে

—ড়ু মু মু মুড ! পাখণ্ড লৈশাবী ৫০/৬০ ইণ্টরভিয়ু লৌ-বদ রা'হৎ হান্ন খণ্ডডুন লাক্লব—শেখরসিং অমদি কিরণ-মালাবু মগা ওহনব থনগ্রে। পুঙহৈতে'ন পাম্বী অমদি শিডেল_অ তোর গুলাপ শেঞ্জেংগি হে'টেলদ কোলোম তৌরগ গমলাদ থাগ্রে।

নেমলপ শকপ ইশৈঃ

খুবৌ কপ্থৎলম ননীং তমখিবা,
হে লমহেনবা শামু,
নঙবু ফাগে লাঙ্গাই চনখরে
কদায়দ লোৎ থাঙ্গদোরি নঙনা ?

চীবোল খারোল নমথাক লৌনম
মিরাংন থল্লব তাইবংপান্নি
হৈশি লব শিকারগি শা মাহুৎ
লাংশোই লম্মু য়োৎঙ্গোলী কোঙ্গোলী—

নত্তে হৈ শায়নব লফু লাফোই,
নত্তে হাওনব হৃনৌ নানৌ ;
চেকশিল্লু নাইতোমচৎ
ফিদম তানব শেঞ্জেং—।

[ অনেস্ব সাইরেন মথোল ]

✶ ❋ ★ ❋ ✶

# অহুমশুব শিংয়েং তাভম।

## ঙবোংখাউ হোটেল, নং ১০, পোকেট মার রোড, ইম্ফাল।

কা অনী উৎপ, অমদ ফমুং, ড্রেশিং টেবিল. চৌফি ১, ফিয়ান... লৈতেংপোৎ খর..., থংনব কা অমতুদ ড্রোইং রুম, টেবিল সোফা... খবর, মেগাজিন......

শেখরন ড্রোইং রুমদ খবর পারম্ব'গি, রেডিও টোক ১ ইরি, শেঙেংন ড্রেশীং টেবিল মমাংদ পাউদর থারি, ফমুংদ ফমদুন মোজা লোল্লম্বদগি চন্দ্রজিনীন পাউদবড় তৈথোক-পিরি, থাও হৈরগ, কৈহল্লি, মশম হাৎপিরি। ড্রেশীং টেবিল মথক্ত উপু বাক্সি থিনব উই।

শেঙে:—নিপামচা, শেখর!

শেখ:—পাবুং! করি তাকপিগদবা? (খবর

শেঙে:—হন্দক মরক নখোয়বু খবরদগি পাউবু ন
রিবগে?

শেখ:—পাবুং হন্দক মরকসি মিংমক্তি পন্দে হ
ইমুংগি বা য়াম্ন য়াওগ্রে।

শেঙে:—করম করম্না ইরিবগে?

শেখঃ— পুপী নিপা চান্নরম্বন খায়নব, মপাগ মচাগ য়ৈন-শুনব মপানাং থাদোকপ, সমাজনীতি ধর্ম্মনীতিদ থাজদব লম-শা নাস্তিক, মশাগি সুংঙাইনবদ শনব মীরেম—মশীং হেঙ্গৎলক্কুন লৈবাক মাংদোরে অসিনচিংব।

শেঙ্গেঃ—চান্নরম্বন খায়নব হৌনবনে, মদুবু করি অঙকপনো? শাহজাহানগ মমতাজ বেগমগ য়ান্ন চান্নরম্মি, খায়নখ্রে। নহান মপোক্ত মোইরাং কংলৈরোন্দ খায়নখিব প্রেমিক প্রেমিকা, নখোয় নহান রোমিও জুলিয়েটকা হায়নবদো নমাত্তোনগ ঐগ ওইব য়াই, নত্তে হঙ্গোইদন হায়রবদ। অহললোল নহারোল পোত তিন্নব হৌনদে, তিন্নদ্রবদি থৎনব য়ৈনব মশান'তুম ত্তাবনি। য়ানীংদব পামজদববু সুম থাংতু' চারুত্তন লৈগদ্রাও?

শেখঃ - ইডিটরশিংত্তু জ্ঞান তাব রাৎপজাংনি পাবুং। মপা মপুন পামজরম্ব ফিজেৎ চাকচা লোনচৎপু অতম পাম লৈয়ু— হায়রদি নহারোল মচা মশুত্তু ঙন্তা হনুব তারেনে। মপা মপুন তৌনরম্বদৈ নহারোলন থাদোকনীংদব—ময়াই কাব মহী ফানবনি, নত্তে মপানাৎ মপুনাৎ পূমথা থাদোকপদি নত্তে হায়ব।

শেঙ্গেঃ—মতম অমদি মফমগি ইঙ্গিং য়েংতুন ইপা ইপুন চৎন-রম্মি হায়তুনস্থ তোকথোকপগি মথৌ তায় হায়ব।

শেখঃ— মানি পাবুং, চাকথ উ ফত্রব মীন মহী অকনব য়োৎপ ফত্তে।

শেঞেঃ—মীয়াম খ্বাইন তৌনৈ হায়দুনবু ধর্ম্ম কর্ম্মগি মিংদ থ অহুম চানব ফৌ খিন্দব ঐন, লৌ হিঙ্গাল হন্ধক হল্লা শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর, কাং পালিগি উৎসব কৎকদ্রাও, নাম সঙ্কীর্ত্তন্দ্র ফুরিৎ কৈজোম থাদোকদ্রাও? ইনাশিশক্কুর ষষ্ঠীপূজা নুমিত্ত ভবোংখাউদ ঙ্যাও ঙ্যাও কপহন হিপ হল্লগ শেল নিহনগদ্রাও ?

শেখঃ— মানি পাবুং, থাবল চোংবদ বেন্দ পার্টিন শেল য়াম্ন লৌগে হায়দনব লৈকাইগি পাখঙ লৈশাবীন বেন্দ পার্টি অমমমদ দি শিংখল্লিব করিগিনো ?

চন্দ্রঃ— থাইনগি থাবলচোংবীদ ইশৈ ভনব য়াওবদু রেকোর্ডত খোংব য়াই, অসিংব বেন্দ পার্টিগি মহুৎ রেকোর্ডতগি থোংব য়াদ্রাও ? শেল তিংদ্রগ নুংঙাইতব্রা থঙদ্রে।

শেখঃ— ইমা ইবেম্ম, লৈশবীমচ শিংন বেন্দ খোংব নিপা, শুগাং লীলাগি অথোব অথৌবীশিংবু হিন পাম্বসি পামখ্র-মানে। পাম্ব হায়বসিদগি মাংহনব শেলসি মাংহনগ্রে।

শেঞেঃ—কিরণমালা! নুপীমচা! নঙবু কৈদৌরিবগে— চা অমগ থক্কেনে ইপাবো ?

কিরণঃ—( চা পীরৈ ) থাবল চোংবীগি বেন্দ পার্টিকা হায়নববু পাবুং ঐখোয়সু চোংদৌরিব্রাও ? সুম লাইরিক তৌ-বগি ফমদুন ঙাক লৈবসিসু ব্বারকইদা ইমা ইবেম্মা, হা— তামো ? থাবল ঙহাক চোংবদি নুংঙাইবজারনি, হকচাংসু ফব। ( মবুংগ পায়নরগ ঙহাক চোংই )

ঙসিন লাইরেন, নোংজাদা। শাবীগি খুজেং শানৌন পায়—, তর র ররর— চোংবদো—

শেখঃ— হৈ মসি অঙাংসে মতম চায় খঙদে চাদে খঙদে, অহল লমন মমা দা—। তৌম্নুনহৈ, সুঙাইতে।

( মচীন্দ হায়জরবস্থ মখুৎ মখোঙদি চোংই মথন্দ। ময়াম নোকমিন্নৈ )

কিরঃ— কল্লকপ য়েংথীব মীয়াম্মাংদ থাবল অমুক্তদি চোংখোকপ ফবজাৎনি পাবুং। করিনো মণিপুর পুম্নমক ঐখোয় রাদ ঙাংনখ্রে। মচা হুন্দোক্লগ মীচা য়োক্লে, ময়ূম লং-খোক্লগ হোটেলদ মকোন শারে, ইমাতোন অনৌবী পদ্মিনীবু মকোক চিংহল্লগ তামো ইমানীবু কৃষ্ণ খোরাণী শাহল্লগ জগোই রাস লিংখৎকদৌরি হায়রে অসিনচিংব —মীরা ঙাংন্দ্রবদি থবক অতৈ লৈতব মীসি মৈত্রবাক্ত য়ামখ্রমানে পাবুং।

শেঙ্গেঃ—লৈবাক্ত ঙাংনরিবদু ঐখোয়গি জয়নি। হন্দক ঐন য়ুম্বান-লোন্দ, মীয়ামপুংগি চৎনরোলদ, অপঙব লাইনীং লম্বীগি বস ভারাদ থিনখিব কিন ওইদ, য়েংত বোক্সিং চেম্পি-য়নগি খুত্তুম কেঃজিঃ ২০০০ দৈ হেন্ন লুপ্তজাংতু নখোয়সু উরেদনা। মকোক ঙাওখ্রবনি উরু রু রু উং, মমাইত্ত মমিৎতু মশকপু খঙলমদব য়ারে। ঐগি কিন্থিন্দুগি মখোলনি ইডিটর ময়াম, লৈবাক্ত ঙাওমথৈ লাওনরিব ঙক্সরিবা।

শেখঃ – জৈ জৈ পাবুং শেঙ্গেং চুমদ্রিংগি।
কিরণঃ – জৈ! (খুবাক খুই অহুমদ্র)
শেঙ্গেংঃ—নিপা খঙদে নুপী খংদে তাইবংমী ওইন পোক্লগ মী.তাদ তমত্রুন ইহ গদ্রাও, মীন অর তত্তি শায়দ্রুন ভৈরিকপ ঙায় লেগদ্রাও? ইথরাইন পাম্ব, ঐংগ থৌ অশেংবদু পা দ্রুন নিপানি শায়ব উৎলোংদ্রাও? নুপীবু সনলাও, —মথরাইন পামজবদু পাংথোকপদ নোরূ রিব কারগি-নো? নুপীশ, পাংদব তৌরনো মীন নোরূব কিরুনো, নথরাইন তাকপ মচালদু ফংনব তান্নৌও।

(খুবাক খুই)

শেখঃ— হৈ কিরণমালা, থ'ও লোইংক্লব লালটেন অমনবৈ মতুং-দকাদি ইঙ্গকনহৈ। (লোক্লপ)
শেঙ্গেংঃ—চৎলু অঙাংগা ঙাক্রা ১ লৈরু, হরাইথংক অ'লু খরগ ঙা থোংবদুম চাথোকসি ওসি মাইপাকপ নুমিৎসাদ।
চন্দ্রঃ— ঙাক্রা মচা অমন ওকনিকো— (নোকপ, উৎন্দে)

(চংখ)

শেঙ্গেংঃ শেখর নহন চৎলু নথোয়গি নহারোল রবত। ঐন হন্দক তৌরিব অনৌব চাংয়েংথোসিগি মরমদ নৈনরু। ম'ৎ লাকংহনগনু।
শেখঃ— পাবুং, লাম্বা পুন্নমকপু ময় কুংহনব ঊমজরকে।

(খুরুম্মগ চৎখি)

শেঙ্গেঃ—কিরণমালা; নঙন নুপীমরুপকি চীনগনবীশিংগ লাম্বা

তৌরু। মীবু লাকচন্নব য়াদে। মখোয়দি লিংজেল য়াম্ন মান্নদবনি, নিপা অমমম লৈরব কাংবুন মুপ'ন অনী লোনব হাদবগি আন্দোলন, ফরক তাব মুপী মখৈন মাগি মাগি থৃমীনি মতিক লৈনন অন্থুম লোনগে লোঞ্জ-সমু। থঙরো, ঐন হন্দক তৌরিবসে মীয়ামগি চাউখৎ-নবনে। অঙাং অমত্ত চহি ২০ লানবদ লম হেনব য়াররোইদবনি, নিপ মুপী মতৌ মনাওসু চান্নব হেঙ্গৎনবনি, চান্নদবজাৎন ঙ্রং ঙ্রং ঙংনদব — শেৎ শেৎ হেক্ত থায়ন-খোকপ। ধর্ম্মগি বদনামদ করিগুম্ব কর্ম্ম দশ রুপৈয়াগি মথক মখৈ মিস য়ুজ টেক্স।

কিরণ:- দাব তাজরে, পাবুং, চীন্ন ঙানবদ মীন খিংতং লাক-চখিগদৌব উবদ খুৎ শিজিন্নদুন মথংদ হেক্ত শেগাইরগ লোন্দে। ঐদি পাবুং ঐখোয়গি ক্লাসত মরৈ য়েৎনব তান্নবদ ফাষ্ট, উরোকখোঙ তোংলগ লমজেলদসু খাই-মকোক।

শে:— গুদ, গুদ।

কির:— মঙ্গল ওইজরক্তে পাবুং। (খুরুমই)

শে:— শোইদন ওইগনি। (হঙ্গৎ হন্দা ফন্দুন চৎ)

মুপী য়েংই অপাস্ব, ইচা নিপা মুপী ফংই ফাষ্টঙাক্ত, পামদব অথীব ইমি মখৈ থায়নখ্রে। পুন্সিদ অনৌব য়াওল অম, চাউখৎনব লম্বেল অমা খোনব হৌরে। ঐমুক মুংঙাইব মীসি কনা লৈরিদগে? অনৌ-অনৌব

ফক্ত ফজরব রাখলগি ঈনোংন থোপ্ত য়ৈররে — ঐ নিপা অম ওইরে। ঐ শিরুবদৈ হিঙ্গংলক্লে, অপঙব মীয়াম-পূংগি মিরাংন ঐবু পুনব য়াররোই, ইনীং ইথা তংদ্ৰ ঐ! (লাওখংলি মদৈদ পেম্ন)
হৈ. মীনিল ময়াম তাবিবসি কদাইদৈনো? না কাংদ হয়িংগোই মকোনগুম ঙ্ক্রাং ঙ্ক্রাং! হায় চাউবী! ইহে. চন্দ্রজিনী!

চন্দ্রঃ— (কেন লাক) ননাই ঐবু কৌবিব্রা? করি তাকপিগদবা?

শেঃ — নথোয়বু রা রা লাওব, ঙ্ক্রাং ঙ্ক্রাং ঙংব মথোল অম তাদ্রও? ঐদন তারব্রা করিনো? লৈকাইন, লৈবাক মীয়াম্ন ঐবু অঙাওবনি হায়ত্তন লরুবগি মথোল্লনহৈ?

চন্দ্রঃ— ননাই ঐথোয়দি তাজদে, ভাবন তাবিব ওইরিনি। করিগুম্ব য়ুমদ ইচেক্সন চাউবীন শোল্লমগদ্রা? মদুগি থোন্থাং—

শে :— হৈ, মদু নত্তে। মীয়ামগি খোল্লাও—লরুথোন—চৎনরোল থোশাদে লমহেল্ল লরুব রাখল লৈতবশিংন।

চন্দ্রঃ— মীর তাবিরুনো মথোয় পাবুং, হোরেন্স তাহিংদি ঐ লাইর ওইন তৌব ইশৈ অম শকচগে—, মদু তাবিরগ য়েরুব কিদনব থোনা ফংবিব য়াই, কনান খঙনি অনোব পুন্সিম্ন—।

শে :— বেশ বেশ চন্দ্রজিনী নঙ ইশৈশম্ন শকপোইরে, চুম্নগি ইশৈশম্ন নত্তন নহাগি পুন্সি ফংব য়াব। হে ঈশ্বর, করিগুম্ব

লৈব থোক্লবদি, নহাকি থৌজালনি হায়ব তায় চন্দ্রজিনী
ফংজবসিদ। করি ইশৈনে? খোরাংলেদা চন্দ্রমুখী?

চন্দ্র:— হৈমা, চন্দ্রমুখী নত্তে, চন্দ্রজিনীনে।

শে:— কোহ্লিং কারব কাম্ঝাং ওইরম্বদ অনৌব পুন্সি পীবিগে
খনবি দেবী নঙোন্দ পকলোইদব মিং লৈতে।

চন্দ্র:— ইশৈদু ফঙদব য়াই, চহি ৫৫বু ৩৫ ওলহনব ঙমদব য়াই,
ওইদবদি ঙাংজনীংদে ঐ, ইস্পাৎকি মথৌ শংব, গ্লুকোজ
ইঞ্জেক্সন পাঙ্গল হেঙ্গৎহন্নব হোৎনবদি য়াই হায়ব।

শে:— থেঙ্ক য়ু সাবিত্রী, থেঙ্ক য়ু ফ্লোরেন্স নাইটিংগেল। ল ল
ল ল ... .... ল ল ল মতেক অমত্ত ঙংউ—, ত র র র
—র!

চন্দ্র:— মতম নত্তে, অহিং তুমথ কান্দ গুরুন হরিনাম পীবগুম—
অমেংব স্বরদ লাংতক্লব তাকখিনব।

শে:— মতেক অমত্ত দি লুজিকস্থ য়াইদনা—
থমোই থম্বাল থারিকথা।

চন্দ্র:— ঐদি ইথোনস্থ ফত্তেয়ে তামো।

শে:— ঐগি নাকোংন ফরগ লোৎরে— অপাম্বী।

[ নেম্ব ঙংব ]

চন্দ্র:— থমোইদ থোনা চেম্নৌং চোংহন
থৌজিল্লু পাথৌ নথৌ পাংলমদ
নথৌ পা ন লম্বানা।
মকু হুজ নহা ওইগুম খারৌ তাংলৈন

নানৌ থাদ শকনৌবগুম হন্নু হনান
হৈনৌ হৈখা মালহৈ।
নহানি মহাক নহাগি খৌনান খৌশাবা
চহি কুমওন থাশি থ'নিন পাবিদবা
পাঙ্গি গণক নত্তবা।
চৈনীংব চৈসন্নু— চিন্থী খৌনাইবশিংনা
লাওনীব লাওসন্নু চৈরাও, য়াওশং নোংলাওবদ
খোক্লব খোগেন্দ্রো তারব থবিগি।

( চন্দ্রজিনীন শেঞ্জেংগি পাম্বোম ২দু কিৎ কিৎ নোইব )

শে :— রা রা রা ! শেঞ্জেং শেংলে।
মুংশিরব খোঞ্জেল, ফজরব রাথল— ঐ পেল্লে বিধুমুখী,
সে ( ফুরিংখাউদৈ ), উপু বাক্সিগি শোসি নঙ পায়য়ু।

চন্দ্র:— হৈম ! ভাইখোও, হুজিক্কিদুদি ইশৈদগি রিহার্শেলনে,
হোৱেল অহিংদদি আর্ট এক্তিং অমদি জগোইগ কোম্নন
শকমিন শামিন্নদোবনে।

শে :— হায় ঐ য়াওনা ? ঐবু জগোই ইশৈ হৈগদ্রাও ?

চন্দ্র:— অহিংবগি হৌনশানে, শানিংঙ্কনি শকনীংলক্কনি হেক্ত।

শে :— (লোয় ) খৈদেন্দ চৎসি, নঙোন্দ পক্কদব লিককোল,
ফি-রোল।

[ উপু কোল্লগ চন্দ্রজিনীবু মখুৎ চিং পুথি;
লোম্ন নোকখি তাৎনৌবীন ]

[ লাইবিক অম পায় শেগরদু মিটিংদৈ হুমাং
তৈথোক্লুন পরপ পরপ লাকই ]

শেখঃ— পোংচৈ শিংনব লাওব, ধর্ম্ম শন্দোকপ, রাখল লিচৌং য়োনব— এদভরটাইজ, তৌহৈষ শিনকম নত্তে। মীয়াম্ন হরাও হরাও তাওথনরিব রাখলগি ঈচেলদ হঙ্গৎন ইরোইব খুদাং শিথবজাৎনি। ( ভহাক লেপ ) উশা অকংববু ঈবৈন তাওথব, ককচেংন ঈরৈগি ওয়তৈনব মাশকৈদ উশা অকংন্দুদ চখৎপ; ঐবু ককচেংডুরা, তোববান্দৈ কয়া লাপ্ন চৎলন্গে ঐবো ? ( ভহাক লেপ ) মীগি খুৎনেক চৎলিভৈ খিত্তং সুংঙ্গাইন হিংনব, ঐবু লম্নাই ওইন হিংব তোক্লব্রাও— হুঁ, চিঠিদুম অমত্ত ইহৌগে।
( কম্মগ ইখি )

[ ভাবিনীন ভক্ক কজন শেৎ লাক্লগ হুই খোংলকই নেমন। ]

শেখঃ— ( খর কৌগৎলগ ) হেল্লো, ভাবিনী। কনামত্ত লৈত্তে, হেক্ক চংলকও।

ভাবিঃ—করি লাইরিক ইরিবনো শেখর বাবু ?

শেখঃ— থোঙ শারিবনে।

ভাবিঃ—করি থোঙ ? মিসুথোঙ, শঙ্গেম্থোঙ—?

শেখঃ— থমোই অনী ফাওন থোঙ। নঙ্গোন্দ পীনব চিঠি।

ভাবিঃ—বেদ বোই। করম করম পাল্লি ? বাজিন খর চাল্লব্রাও ? নুংদুম অমত্তন উচেক অনী হাৎপ হায়বদু য়াদৌরিব্রাও ?

শেখঃ— ঐরা পাল্লে শিরে ইবেম্মা, খমোইদ পাল্লে। অমত্তদি খঙদে, ওইদব শেমদ্রুন ঙাংবদৈ খরবুদি চাল্লে। তন্দ্রি তল্লিবৈ ওইদব কুইন ঙাংদ্রুন শান্নবসিদি।

ভাবিঃ—করি করি হায়রুরে? করম হায়ন চাল্লে?

শেখঃ— ঐন বাজিবু মুংশিজবদি ইপা অপোকপদৈ হেল্লি, ইচা-দৈস্ত হেন্ন মুংশিজনি ঐন পামজন লৌরুব মুপীদো। বাজিন পিশুম খজিক্কং শুকপিবদ খায়নখিনি—

ভাবিঃ—উস, মদুদি হাকমল্লাও!

শেখঃ— অদুগ বাজিন মুপী কজরব অম হায়নদ্রুন লৈরে, খিবিরনি থীন্দনস্ত হায়রপোৎনি।

ভাবিঃ—( তুমিন্ন মঙক হাইদ্রুন লৈরগ ) ঙসি অয়ুক্তি ঐখোয় ইমান য়েঙ্গাং লৈরুগে হায়তুন কোম্পাক অমগ বাজার বেগ অমগ পায় খৈদেন কারুই হায়ব। হল্লকপদ য়াম্ন লূংম্ন অমুক্ত খারো হায়দ্রুন ঐবু কৌরকই। ঐন করি ঙাবু লৈরকপগে হায়দ্রুন কোম্পাক্ত খারুবদ—

শেখঃ— করি ঙা লৈরকই পোরোমলা য়ৌরা?

ভাবিঃ—ডাক্তর সাহেব অম ফন চোংখোন্নক্লে!

শেখঃ— কোম্পাক্ত য়াওরম্মিগা?

ভাবিঃ— হোয়নে, চোংখরকপগ ফম লাক্তে, ঐবু লৌরগে হেক্ত হায়রে। মশক্তি কাটলানি—

শেখঃ— অদুদৈ নঙন করি থুম্বা?

ভাবি:—ঐন খুমত্রি, ইমাগি মথুৎতৈ বাজার বেগতু কিত্রিং চোং-
লকয়ে।

শেখ:— বাজার বেগতস্তু ঙাক্রা উকাবী ?

ভাবি:— বেগতু লৌরগ ঐন লৈবাক্ত হৈদোকপবু ইঞ্জিনিয়ার
সাহেব পুম্নং লংব মিরর কাব মানব অম য়াওরম্মে,
নোকফেং নোকফেং ত্তৌরদুন ঐঙোন্দ য়েংলগ মাগি
কোটকি ফুরিৎখাউদ ঐবু থেৎকে হায়রে ?

শেখ:— নঙন কয়া থীন চৈবিগ্রে মখোয়নীদো ?

ভাবি: - চৈব য়াব শক অমত্ত য়াওদদুন —ঐ জ্ঞান মাংদুন চপ
লেপ্পুন তুমিন্ন লৈখোক্লব।

শেখ:— অদুদি কৈদৌরবা ? মখোয়নীদু খৎনদ্রাও ? নখোয়
ইমানদি কনান কৈ হায়হৌই। হা ? নঙদি তুমিন্ন চপ
লেপ যুম্বী ওয়ে ?

ভাবি:—কদায়দৈ যুম্বীদোন খিল্লুগবনো ? ঙারাকপী শাদুন রিগ্গান
সিদ য়োরকইসিনে।

শেখ:— সিদদি করি ঙা লাক্কে হায়দুনা ?

ভাবি:—ঐ খঙদে ভাব তাদে। ( চৌকি চিংথোক তুমিন ফম্মি )
কালেনগী অক্ষয় তৃতীয়াস্তু খিৎত ঙায়রে।

( মতুংদ লেপ মীতৌ তম্ব অদুগ শকপ )

শেখ:— ওহ—ও —ও তারি-ব-রা-ও
থেক লোংন চৎলিবী,
কনা উদ থোইরিবী,

খোঙথাং খুদিং ঈপোম নাইবী ?
নতুং হন্ন য়েংউ 'মুক্কং
নীংঙমজরোই হৈ হায়বিগে।
ঘড়ীন চৎলি তেক তেক !
ওহ - ও - ও তারি—ব—রাও
পুখ্রী মপান তাল্লুপী
নচু হেনগী ঙারাকপী ?
অচৌ অপিক অহাও হাওত
খন্দুন 'মুক লৈরম্নু নুমিৎসি থেংলেহৈ।
ঙাগি ঙা অহাওব ঙাক্তনি
ঙাতেন ঙাশাং ঙানোই।
খন্দুন 'মুক লৈরম্নু নুমিৎসি থেংলেহৈ
অঙ্গংব অম তাক হেক্ত লাকও ঙারাকপী।

ভাবি.— ইতু দ লরুগনদি কাম্নরোই, ঙম্মগ ইমাংদ তম্মু
( পেক লোংন হঙ্গৎ হন্দা চৎলি ঈপেম নাইন )
( শেখরন ইশৈচু মমাংদ শকই, ভাবিনীসু শকপ য়াওই
খর খর— হেক লোইবদ )
অফংবসি লাক্লে অদুদি।
( ঙারাকপীন লাকপগুম লাক্লগ পাইমিন্নপ্লে। )

শেখঃ— অয়ো ইমা !
( নোক্লিংব মুংঙাইব যন্ত্র ইশৈ মতেক অম)

কিরণঃ—( ক জদ খোরকই ) লৈকট রাইট লেফট, লৈকট রাইট লেফট, ...... স্কোর হৌল্ট। ( লৈপচৈ ) রাইট টর্ন, ষ্টেন্দ এট ইজ। ( লৈ, লেপই ) মসিনি ঐগি পুন্সি। ইনেন লাওরগ ঐন লৈরম্ব চৎলম্ব; হুজিক্ক পাবুং অশাবন লাওব মতুংইম্ব চেনবা চোংব; হয়েংন ঐগি নিপাদ্ধুন পাম্ব মতুং ইম্ব থেকপ নোব। হা হায়ো, মখোয় পাবুংকা কেৌনব ঐগিস্থ কনাগুম্ব লৈরকপ য়াইকো। তম্নেদা সত্য মীন য়াবিনব তাৎ পরেং।

( ইশৈ মতেক অম ওংই )

—ইশৈ—

উখি ওস্নিদি কনানো ’মা

মুমিদাংবাদ

য়াঙ্গোইলাবা ওকশাংবা ওকশাংবা

খুদ্রপমচা, ঈপোমহৌ

লমজাউ শোয়োক পুমঙাল ঙাল, পুমঙাল ঙাল

ইম্মিৎন হংখি কনানো কনানো, সিদি কনানো ?

তুমিন্ন চৎখি লৈথাদ য়েংথ, হো ইকাইথী।

করিগিনো অঙবো করিগিনো

খোইদৌ ঐগি শাওগৎলি

ঐন পামবন হয় কাওব য়েংলমদে,

পামদব কাওবুন য়ৌ য়ৌ।

লাইম তল্লিহৈ নহাপি তাইবং—

( খোঙদ কাক লাওব তায় ) কনানো ? করিগিনো ?
( খোক্তুন য়েংই কনান্থ উদে—হল্লকই ) মুমিত্তাবদ ঙ'য়রি,
তম্মবদৌন । মুপীন হায়ন্বিবমখৈ ইনব মৱম ওকপ নিপাস্থ
মরৈকো— মখোম্ছু লাইবক ফবীশিংগিনি । ( অতে থ্ম
খোঙদ কাক কাক অমুক ) কনানো ? করিগিনো ?

( স্নাজাট চংলক্লগ চপ লেপ্নি )

কিরণঃ—হৈমা ! তাস্নাক্তাউ, নঙ ওইরে হুজিক তম্মরবদুদি ?

সনাঃ— অতৈ কনা কনা লৈ ?

কিরঃ— করিগিনো ? কনা থিরকপনো ?

সনাঃ— নঙ ঐবু কাউবত্রাও ?

কিরঃ— কাউদে নঙন ঐগি খুং লৈথেনখি ।

সনাঃ— নখুংতু খিত্তং লৈথেক্লগ থাখিব মরু মরাংদু হুজিক্কি ফজরব ফিরোল নশাদ শাংলে, নঙক্ত লিকোল ইরংলং লৈনব চেকয়ুম নোংমগি হাওরব চরা অনীগি মরক্ত টিফিন ব্রেকফাষ্ট । নঙ মরু-মরাং থাবিব লৌমীদুবুদি কাউরে মহাক্কি হুজিক চরা অনীশুন চাদে, ফিজোল অনী শুন শেত্তে । মহাক্ত নঙোন্দ করি করি হায়খি ? করিমত নিংশিংদ্রবা ?

কিরঃ— উপূ বাক্সি মনাক্ত চংববু ইফং ফংদে, ইমাগবেস্ম চন্দ্র-জিনিন ঐখোয়ন শোক্তনব শংই । ফিরোল থর, লিক কোল থরবুদি ঐগি ওইন তম্বিরে ।

সনাঃ— অহিংদ নও নোংয়াইদ খোঙ হাংদোরকউ, ঐহাক উপু বাক্সিদু হুখিগে, চমালী খেন্নসি।

কিরঃ— তাস্নাজাউ, ঐ কিজৈ, হুরানব য়াওব— গুম্মোই।

সনাঃ— অদুগ অতোপ্প পান্থে অমন উপুগি শোদু হাংলসি, ঐ মুপী অম চেল্লগে— নঙন অঙম্ব নতেং পীয়ু!

কিরঃ— ঐন করি নতেং?

সনাঃ— মুপীদু চি'লগ এরো'প্লেন্দ পুথ্রগে, পা ১৫/১৬ লৃংথৈদ থম্মুরব— অদুগ হল্লক্লগ মণিপুরদ লুহোংলব ষষ্ঠী শোল্লব বাক্সিগি শেলনা।

কিরঃ— ঐবু কনাদ করি পাউ চৎলু হায়রবগে? কনাগ চেন্দোরিবনো?

সনাঃ— ঐন তাইব মী মরক্তগি খ্বাইদগি মুংশিজবীদুগ—

কিরঃ— অদুবু কনানো কদায়দ লৈবগে?

সনাঃ— ঐন মুংশিববু কনা ওইগদগে সিদ ভাল্লিবী নঙনে কিরণ মালা।

কির — মুংশিববুদি অদুম মুংশিযিয়ু তাস্নাজাউ, অদুগ চেনমিন্নগে হায়রবদি মখোঙ যাঙব তংগৈল্লে কুন্দালৈ খোয়গুম্ব অম খিদিয়ো। পাবুংন ঐবু চেনখিব য়াদে হায়দুন কন্ন খিংই, ঐদি গুম্মোই হৈ।

সনাঃ— গুমদব য়াদে কিরণ মালা। (ফাগে ভৌব)

কিরঃ— ফাগনু তাসনাজাউ (চেম্নব লাক্লদুন), মশান য়াদব মুপী চিংবদি দঙ্গি য়াম্ন চাউই হায়বনি, ঐদি হেক্ত লাওনি

ঙাওশিন্নবু! অয়ো ইমা! থুৎ তেক্কনি থ দোকউ—
ওহ নৈকাই নৈকাইশা—

সনা:— তুমিন্ন নৈয়ু। (ওহাক ক্তানৈ, পোৎ চথায়)

কির:— মশান্ন থাদব মুপী চিংম্নে, থর কন্নরিয়ো (মচীন
মেল্লি, কাড়ুন পুথি) ঐবু থর— পুলিশ পুলিশ—

[থাংনৈ মমথরে। বাজ রদৈ চন্দ্রজিনী অমদি
শেক্কেং অচা অথক অমদি অকে অমৌ কি
রোল থর নৈকুরগ রারী ত্রেং ত্রে শড়ুন
হনমিন্নরকই।]

চন্দ্র:— মশা ওইক্লিডৈদ মথোয় পাবুংবু জগোইকা অমুক্ক শ
বিরকত্রনে ?

শেক্কেং:— সিপাহি থক্লিডৈদ মানগি জগোইদি বেওনেট ফাইটিং
হাযড়ুন থর তম্মকই।

চন্দ্র:— ইস্কুংসিদি কনান চায়থায়রম্মিনো ?

শেক্কেং:— কিরণ মালা। শেখর। হৈ কনাযত নৈক্রনে।

(চায়গায়রম্ব লোইশিল্লি— ঐমুংদ থি

চন্দ্র:— অসাই লমজাও ময়াদ তোনৌব মীনাড়ু মেৎব চৎলম
তারে।) (পোং থমজিল্লুই

শেক্কেং:— (চৌকিদ ফম্মি) ঔশিং গ্লাস অমত পুন্নকউহে মুংশিরৈ

চন্দ্র:— ঐ ইঙ্গিংসি মুংশিরৈদ অমুক্ক তারুব্রাও ?

(ঔশিং পীরব থকই

শে :— চাউবী, অমদি মচাশিংন ঐবু মুংশিবিদ্রে, লৈবাক মীয়াম মীতৌ তম্বশিংনসু ঐবু মুংশিবিদ্রে, নঙদ ঙায়রে ঐন থাজরিব। মুঙদি মুংশিকো ঐবু ?

চন্দ্র:— মুংশিরিব অশেংবনি।

শে :— অদুন ঐসু নঙন হায়রিবমথৈ লৈনীংই হায়ব।

চন্দ্র:— ঐসু অদোম হায়রিবমথৈ য়ানীংই হায়ব— চহি ২০ শাও শাগে, ১৫দা শাও শাগে।

শে :— সাবাস, অদুনিদন মুপী হায়দুন। চাউবী হায়বী অদুদি চহি ৪০ হেল্লকপদ মান আফিসার কাখ্রে— ঐন মাগি চাপ্রাসী। মরৈ য়েৎপসিন কল্লিবা, মান লৈহমীংব মাই-কৈদ লেফট রাইট লাওরকইব ঐঙোন্দ।

চন্দ্র:— ইচে চাউবীন হায়রিমথৈ মতম থরদি পুক ফবিরম্মি—

শে :— মরৈ য়েৎনব তন্দুন য়ারম্মিপোৎনে। ঙাইখো—রা হংগে, ঐবু নঙন অদুক মুংশিরিবসি করিগিনো নহাসু নক্রবদ ঐদি ?

চন্দ্র.— লৈজদে ইরল, ফজদে ইশক
লৈজদে ইনুপা, মরী মতা নরুবা
কৈদোন হিংগনি, করিগি করম্ম হিংলুনি—
রাথল নোংলৈ মুংশিৎত
উরু রুরু লৈদুন
লৈংম্মি ঐ মাইকৈ সল্লাই থঙদন।
হুজিক্তি হিংলে ঐ, হিংলে মাগি ঐ

করিগি তল্লুনি, করিগি রাকনি
থরাই মাগি মমিন
মুংশিব মাগি সেবাদা ?

শে :— রা রা, রা! মতুনি হিংনব মুংশিৎ মুংশা, মতুনি লৈহাও হরাও তয়ামগি। ঐ হিংলে মুমিৎ, ঐ হিংলে থাবল। মুংঙাইরে মুংশা হোনব। নতাৎ হৈরব তাইবংপান। হাওতন হাওরনো থীবদ ফজে নো, নবুক থম্লগ লাম্নে লাওনো। মীনম্ব মাইথুম হাংদোক্লব লাক্লবদ চংখিব মতম, শিৎখিব থবক, তিংখিব শেল কয়া কয়ানো— অপঙবশা ? ( মপান্দে তোম্পিশক্ল কৌরকচ )

তোঃ— বাজি, বাজি! হুজিক্ত রা ঙাংব তাখিবত্তবু মতদ চোই-রোল লোল্লিব্রাও ? বাজি!

শে :— কনানো বাজি কৌরকইবদো ? সার্টিফিকেট পায়ব ইচা-রাও ? করিগিনো ? ( খোঙ হাংউই )

তোঃ— ঐ তোম্পিশক্লি, তোর্বান্দ কোকপিরম্ব থেঙ্গু মরূম! ঐখোয় ইচেমহন ভাবিনীতু লমজা মচা অমদ চেনখ্রে হায়ব তাবে, তাকচগে লাকপনি।

শে :— তাকফম ওয়রে, মমাদ চৎলু ঐগদি মরী লৈনদ্রে।

তোঃ— লমজাতুদি বাজিদৈ সার্টিফিকেট পায় হায়নে। নচান ঙরাংদৈ মীগি মচানুপী লাকশ্রগ ঙসি মুমিৎ তারবফাও তুমিন লৈথোকপিরিববু খোল অয়াকপ তাবিনিংব্রাও ?

হুজিকমক পাউ হায়দোকপিরো, থানা য়োনরগ চোপ্পনি। ঐ হক্সরে খুড়াঙাং।

শে :— ঐখোয় শেখরনবু ভাবিনীগ চেন্নমগদ্রাও? মঙহাগুম্ব রানিদা। হরে হরে! ইহে, চন্দ্রজিনী, চন্দ্রজিনী!

চন্দ্রঃ— (নোকফেৎ) নহাদি থমোইন ইন্দুন পুগন্নি, কোরু খাম্ব য়াগন্দে। কিরণ মালাস্থ অদুমঙাই মথরাগন উং লাওব অম থেংনরবদি পোক চেনথিব য়াই নোংম ইথঙ খঙ-হোদনা।

শে :— থরাইন উং লাওব থেংনব হায়বদে?

চন্দ্রঃ— অদুঙৈ সাবিত্রীন সত্যবানবু, থোইবীন খম্ববু হেক উবদ নত্রগ হন্দক্ত মখোয় পাবুংবু চন্দ্রজিনী ঐন হেক উবদ উং লাওখিবদু তাবিহৌদ্রাও?

শে :— নুপী নখোয়ন রাখলগি লোংনিক শিজিন্নদন উমউম হেক্ত হায়গনবসিবু উথুম হায়ব উচেক্কুন ওনবজাৎলা?

চন্দ্রঃ— রাখল হায়সিদি থেঙ্গুনি থমোইন জেট প্লেন।

শে :— জেট প্লেন্দু থেঙ্গাইগল্লি, থেব হায়য়ু। অঙাংশিংদু চেল-লম্মবদি তম্লিদা সত্য, কিদম্নকম ওইব অঙাং অনীদং শেমগৎকে থোরাংলুবসিদি ওন্তা চোপ্প তারিব্রা ঐবো! চন্দ্রজিনী, চন্দ্রজিনী!

চন্দ্রঃ— কৈদোন চোপ্পদগে, মখোয়নীন কাংসী থনম্বদু ঐন মরম ওক্কুন লোখৎলগ লোইরে। অহল লমন সমাজগি চৎনরোলন লাওব রা, মখোয় পাবুংদি ইনবিনীংদ্রগ

নচাশিংবুদি ইলহম্নীংব্রাও ? মখোয়নীস্থ ইস্তোকপিগ্রো ঐখোয়নীদ হাওন হাওন চার তুম্ম পাল্লসে, পুকচেল শেংত্রিক্ক শেং।

শে :— ভাইখো চন্দ্রজিনী. ঐবু মুপীগি খুজিন্দ চৎপ নিপা হায়বত্থ ওন্দোরব্রনে হা ?

চন্দ্র:— কোক, না মথক্কি স্থৱাইদ, হাক্কজবিব্রাও ?

শে :— হাক্কজদে।

চন্দ্র:— অদুদি কৈস্থ তৌরোই, সনগি মচি থিঙ্গৎলকপস্থ উদে।

শে :— উতোং থাংমৈ পেৎতু পায়রকউ অঙাং অনী: ঙক্লাক্কং থিরুসি।

চন্দ্র:— ইচা খঙদে মীচা খঙদে, লগহেনবমখৈ তাস্তোকখ্রগ রাই শংসে। নীং হে হে—এ। ( চৎখি )

শে :— খঙদ্রে খঙদ্রে, চন্দ্রজিনীগি খোন অমেংবদ ঐন স্থম স্থম উইথনিংলিবসিবু করিব্রা ফক্তিব্রা! চন্দ্রজিনী, চন্দ্রজিনী স্থপা' খোঞ্জেল অমেংবসিবু কদায়দৈ খোইহীদ লুপপুবনো খঙদ্রে! ( টোর্চ লৌরুরগ চন্দ্রজিনীন শেঞ্জেংবু চি দুন পুখি। )

[ মঙাল ওল্লগ রারী লীব খোরকই ]

—ঈশৈ—

হো ও কবুই কৈ·ওইবাও,

উত্তং উতোং অহোবা।

নচা মরী তুমা তু·া

নথোৱাং ত'লোই ৱাংমদা
কদায় তায় ৱাখোক্কব
চেনগদৌরিবা ফাগী ফাগী ?
অডুক ৱান শেঙ্গুংহন
থোৱাংজব মতম শাংন
থাদব থুগাইব থিঙ্গাইব
ৱাদে হৈ নগুদি ঙহাক্কনি।
হো কবুক কৈওইবা,
উতং উত্তোং অহোবা।
ননীং নম্বাং হোত্রোং-হো
পূন্সি হুম্বাং লাইজদি
হৈদোক্লে হৈ নহাক্কি।

ৱারীঃ— মরক-লেপ ওইন ঙহাক্কুং পোথাবিসি।

## মরক-লেপ

# মরীশুব মীৎয়েং তাভম।

**কংলা পার্ক, সন্ত্রী নুং মথোও।**

শেপ্পেংন মুপী অনৌব থিঙৈদে শেৎপ লিৎপ ইনব অনানব ফিজোল; কোট, খোঙ্গ্রাও শাল থম্মগ মনুংদ শেৎপ খাকি ফুরিৎ 'বিলাই থ্রাক থ্রাক য়াল্লিব অমদি খোঙ্গ্রাও অমনব নত্রগ কৈজোম অমোৎপ শেৎলগ সন্ত্রীং নুং মথোওদ চিন্তা তৌদুন কম্মে।

শে :— চুমথ্রিং চুম্ন লেপ্প, অশেংবদ ঙাংব বিচারপতি, ঐবু হুজিক করম্মো ভাব তাদে : ইচা অনীমক মরম ওকপগি কি- দম ওইহনগে মীয়াম্মাংদ হাযদুন য়োকচরগ মমুম পায়ীং- দুন চেনথ্রমানে লোয়। অঙাংশিংদু ভোঙান তোঙান খায়দোকউসি কদায়, খায়দোকনুসি কদায়। লুহোংব তারে, মতম অসিন মীনম্ব পাম্নব ঙাক্লিন কায়দব পোৎ চৈ কয়া কয়া লৈবদ য়াইবদ শেল তপতা মথৈ চংগনি, ইরুল পুম্ব তুম্মনি। ঐবু কমদৌসিগে ?

সন্ত্রী:— শেল ইচং চংহন্দন লুহোংসি য়ানব ঙাংনরু। য়াত্রগ শাও- জিন্নদুন খোগোৎপ ইন্থোকলম্মো।

শে :— লুহোংলব মতুংদ ইমুং অনীসি চংনদব য়ারোইদৌরি, শেৎনব চানব শেলস্থ ঐগোন্দগি খর চিকেৎ চিকেৎ তাম্নদৌরি। শেৎন চানব হায় খিন্দনা মমুম পাম্নীংব নহারোল নখোয় হয়েং মপোক্ত উচেক ওইন পোকউ-কো। ঐন কিদুন হুন্দোক্লম্মগ চেল্লফপ ইমুংদুন ভবোং-খাউ থাক্লমদুন ইমুংদুদ পূম্ন অমুক চংব। ইরলস্থ তুম-শিল্লরুব—! ইমুং অনীসি পুনশিনবন ফরিব্রা তোগান্নবন ফরিব্রা! ঐবু কমদৌদগে?

সন্নী:— হৌগ্রবদি হৌগ্রে নগুন তৌজরুব থৌয়াংনি। যুম অনীদু পুনব পুনদবগি বাহংদি শেল খর হস্থন চংনব মীৎয়েংগ লেপ্প তারবদি পুনবন খর ওইজনি, নশানস্থ খর হস্থন চংনব শিঙ্গব য়াগনি।

শে :— ননাই ঐ অহুম হায়ন তৌজরগে। হা—হা বাম্নিস্থ ইয়াং য়াংলক্রে— চন্দ্রজিনী, চন্দ্রজিনী।

( মফি-মরোল থমখিবদু লিৎশিন ইনশিল্লগ চৎখি।)

[মঙাল মমথরগ—অমুক ঙানখৎপদ শেজেংগি হায়গি য়ুম— সুংখিল ]

---

## মঙাশুব মীৎয়েং তাভম।

শেঙ্গেংগি য়ুম, মাঙ্গোন্দ— নুংথিল নুমিদাংবাই।

ফমেন ফক, অতোপ্প অমস্থ মাইওরুন নাকথদ, মোড়া ২, চৌকি অমস্থ থারি।

ভাবিনীন খোংগ্রাও বেল বতম শেৎ মোজ ফুরিং নত্রগ স্যুইটর হকচাং নপ্পি অম লিৎ, কোট মচা নত্রগ জেকেট অম লেংবান্দ য়ান পরপ পরপ ময়ুমদ লাকই।

ভা :— ( হন্ন য়েং ) অমুক লৈহৌরব্র'ও ? চংলকও করিস্থ হংগোইকুনো নহাক্ত খুসী তৌবদ কনামতন য়েৎলোইদব ঐগি য়ুমনে।

( য়াম্ন ইকাইন খোংগ্রাও অম উপ, সার্ট ১ লিৎ, ফেনাৎ অম তোং, মোইরাংফিচনব নত্রগ খুদৈ অয়াংব মতুপ ১ মকোক খুম্মদুন মুপীমচাদোন ইল্লগ থোরকই। )

করিগিনো অত্নক ইকাইরিববু, নহাকপু নিপা নত্রাও মুপী অনৌবীরাও ? ( লোল্লপ )

শেখ:— মুপী নহাক্ত নিপাদোন খোরদুন ঐবু চেনবিরবহৃদদি ঐন অনৌবীদোন ইকাইরব।

ভা :— কৈদোন ইকাইদোরিবা, ঐদোন খোনা ফব য়াত্রাও ? নও নখোঙস্থ চেনবদ য়াওরকপ নত্রাও ?

শেখ:— নখোয় ইমা, নৌপা অনী ঐগদি কনায়ত খঙনদে, নখোয় য়ুম শাখিবদ ঐ য়াওহোদে, চান খরুব খিবদ য়াও খোদাং য়াখিবস্থ নত্তে। য়ুমসিদ পাক চংত্রুন চাব থকপ তুশ্ব করম্ম ইকাইরোইদোরিবনো ঐবো ?

ভা :— ঙরাং নহালদৈ ইমানী অমত্ত ওইরে, ঐগি য়ুম, ঐগি পোৎচৈ চান খরুব খিবিক নংগিস্থ ওইরবনে অপঙবাও !

( মনাক্ত লোম্ম )

শেখ:— মদু খঙনরিবদি ইমানীদনি, নঙবৃদি ইকাইদে, খঙত্রিব মখোয়শিংদুবুদি ইকাইজত্রাও ?

ভা : — ( লোম্ম ) ইমানীদ খঙনব কান্দ মখোয় য়াওহনব য়াত্রাও ? ঙসিদৈ ময়ামুস্থ খঙহম্মব নখোয় পাবুং, ঐখোয়গি এক্স বাজি অমদি নমাতোন লাক্তুন নখোয়গি নবা হংলদোরিবসিদি। লুহোংলব কান্দ লৈবাক মীয়ামদ পুংজ উ থিন্দোরিবনে।

শেখ.— ইস পাবুংখোয় লাক্লগ ইবা হংলগদোবদুন অমুক হেন্ম ইকাইগ্রেনা— করম্মো ! ইমানীগি হন্দক্কি কেকু লোৎ- পীসিদি ফত্তব জাৎনিহৈ সত্য। ইস য়াম্ম ইকাইদোরিদা !

ভা :— নখোয় পাবুংবু কৈদোন ইকাইবিদোরিবা ? ঐস্থ

থায়নপ্রব ইপানে, ঐদি ইকায়রোইত্রাও ?

শেখ:— পাবুংন ঐবু মীনমগন্সু, মান য়াদব কেকু লোৎপি শাম্নু. ফোংন পীরগে হায়ব য়াম্ন লৈরে হায়বদ ঐন উম হায়রুরে। ঙসি ঐবু করি হায়ন খুমগদগে ?

ভা :— য়শান য়াহুন চেনব নত্তে, ঐন চিংবনি হায়ন খুম্মোদনা।

শেখ:— মদুন খর ইকাইব কগত্রা ?

ভা :— নঙগিদি ইকাইব খর কর্নি, ঐদি লেম্মঃ নিপা কাব চিংব ঙম্বী !

শেখ:— অদুদি করি হায়ন খুম্মুগে ?

ভা :— মুংশিপ্রণী অম শোইহোব ভারে হায়দুন মুমিং ফরিঙৈ চেনবনি। ঙাংখো, মুংশিপ্রবী হায়বসি কনাবুনো খঙত্রাও ?

শেখ:— খঙজে, নঙবুনে।

ভা :— নঙ ঐবু মুংদি মুংশিত্রা নিপামচা ?

শেখ:— হঙলকপু— ইকাইজে। ঐন ঙাওরিবসিদি বাজিগি য়াথংগ নঙবু মুংশিংগ অনীসি করম্বন হেন্না লূমদগে খন্দ থাঙ্গৎপদ— অসিনি।

ভা :— অদুদি নঙ ঐগ থায়নপ্রব বাজিদু লৌবো, ঐন বাজিন থায়নরম্মব ইমাদ লৈরুরগে ?

শেখ:— খঙদেনে, অদুনরা করিনে মুপীন স্কুটর মনীংদ নপ্পগ শিনি নানি কিদবমথৈ অহল লমম্ন তানব ফংদনব য়াঙন চেন্নরিবা।

ভা :— মুংশিবগি চাংয়েংসিদি ইবুংঙো, কৈময়া খংলুগে, লোং-
শাগি মকোই ফোইরুগেকা হায়জিন্নবন য়াপোৎ নত্তে।
নঙন ঐঙোন্দ খুদোন পীরকপ রুমাল, ফুরিংফি, ইন্নফি,
খুদোপ্ন খল নামদ হাপ্লগ ওন্দোবসু নত্তে।

শেখ:— অদুদি করিন কমদোন ওন্দগে ?

ভা :— খল ওইথংবদ লৌ ইঙোল শিককোল খুদোলপোৎ,
অহল লমনগি য়াখং, নকুবোক ননেম্বোক অউনপোৎ
লোইন হাপচিল্লো।

শেখ:— ইকাই ইকিবদি ?

ভা :— হাপচিঞ্জরো ইকাই-ইকিসু মোন কয়ানো ওইথংব
খলদুদা।

শেখ:— য়েত্থংব খলদ করি হাপ্তৌরিবা ?

ভা :— নবেম্মা ঐন কমদৌরিবা।

শেখ:— নঙ কমদৌরিব খলদু রুমালসিন অমুক্ত কহোকহৌসি
কমত্রিবৈঙদা।

ভা :— মোৎকে মোৎচসমু রাখোঙ ফৌশুখোঙ, য়েমখা লুখা—
কম্বৰু চল্লবদি।

শেখ:— অদুদৈ কৈদৌবা ?

ভা :— ঐন কম্ব খলদুন লুমথদুন অভোপ্ন খলদু উল্লার ভৌরব,
ঐবু মুংশিব শোইদ্রে।

শেখ:— মথক্ত হাপ্ন সনা লুপা ফিরোল অউনপোৎ য়রাব অহল
লমনসু য়াওরিনহৈ উল্লার ভৌরবদি ?

ভা :— উল্লার হায়গৎপদ পোৎশিংদু নোংথক্ত মুংশিৎন মরাইন ছমগৎচখিনি।

শেখ:— অহল লমনশিংদুদি লূম্মি হায়, মুংশিৎন

ভা :— অরূম্ব মখোয়ন লৈখাদ মকোক্ত য়ুংন ভাজহৌরেদন।

শেখ: — ঐদি ?

ভা :— নঙন ঐখোয়দ য়ৌরেদন, ইমুংদ চংলকও ইকাইরনো —নপিন হংব লাক্রনিয়ে।

শেখ:— নহানমখৈ বাজিগি ওইরম্ব ঐ, ঙসিদৈ নঙগি ওইনব নামজারী! ( চংখি ইমুংদ ইক ই ইকাচ )

[ অতোপ্প নাকলদৈ মিনিস্কর্ট নত্রগ জোন-জোন শেৎপী শাওরবী কিরণ মালাবু শাজৈ পায়ব স্নাজাউন হোয়ৎন পুরকই ]

সনা:— টিটি, টিটি—টিটিনে? নকোন্দ চংওনহৈ।

কির:— (চপ লেপ কম য়েং ) ঐবু নখোয় অহল লমম্ন লৈব সন হাতয়াও ? হা তাকু স্নাজাউ?

সনা:— শিদব মপুন ঐগি ওইজৌ তম্বিরকপ কামধেনু।

কির:— সন পাম্মগ ঐখোয় ইনেতোনগি খোংশেকপী খপ খপ গোংবী য়োংমানবী অম লৈহৌই, মদু পীগে ঐঙোন্দ খুয়ৌ থাংলমু, নয়ুমদ লৈহৌরো।

সনা:— ঐবু চংহাৎ হাৎপিদু মিমুংশি খঙবী, নখোঙ পারদুন থুরুম্মু থুরমগে, মী অতৈনবু উত্রবদি—

কিরঃ— ফাগী ফাগৈদে ঐবু নঙ্গোন্দ চানন লৈয়ো হান্নবিব্রাও স্নাজাউ তাকু ?

সনা:— ( মথুৎ লোম্ন ) ফাগীওই করিওই শিদ্রিফাওবদ ইবিঙানি লৈমিন্নসি নূরজহান।

কিরঃ— নঙন ঐবু পাম্বগিরাও ? ঐদি নঙবু পামদে মুংশিদে নঙন লেম্ব চাক চাব তুকচৈ। ঐবু মপোক অমদ অনী-রক হিংব য়াব্রাও ?

সনাঃ— সনাজউ বীররখিন দেবী কিরণমালা চেনখ্রে হায়দুন লৈবাক পুংজাউ থিনখ্রে, খবরদ বা বা! নমং অনী শুব হোনদে মীতৈ চনু।

কিরঃ— মখুম তরারক পাল্লুরবী উর্ব্বশী, মেনকা, তিলোত্তমা হল্লরুগ খোঙউপ গেগে তোংব কুঞ্জা কাওব বাবুন লোখ্রে নেকটাই হাপ্প, কার তোংব, চেকয়ুমদ লৈব সাহেবশিংন ফজবী খিব কান্দ মুপীগ নহান মপোক্কি ইতিহাস, মপু-রোইব মশীং থীনব্রা হংউ। ফজব হায়বসি মতমপুম্ব নুংঙাইনবনি। নথন্দ নত্তে ফজব পাম্বসে।

সনঃ— ফজব অতৈপুম্ব ময়ামদ য়েন্থোকচখো। নঙদদি মীঙোন্দ পীখিব ঙম্মোই।

কির:— বারেম ঙাংনব কাম্নদে, পাবুংন চৈরম্মনি ঐ চৎলগে তাসনাজাউ।

সনাঃ— চৎখিমু কিরণমালা নঙবু মীন থীন ঙাংনবিনি।

কিরঃ— ঙাংনসমু কল্লকুন, ঐহাক মতুদ হয়াওনি। ইমঙ য়াম্মি

হায়ত্তন হয়েং শিরগ ৫রক যৈ থাজো তৌবদদি শকথীবা?
মীসে শক শীরব কান্দদ শিবনি।

সনা:— নিংথিন হায়বদ য়াদ্রবদি থংৎ থবৎ তংনব রাশন কল্লিহৈ।
(মুংশিত্ত কল্লি হুংট ২)

কিরঃ— (নাবন মশাত্র জগোই থেকই) নখোয়গি অহল লমনগি হিঙ্গোলদ চংলকপ সনলাও ঐবো?

সনা:— অদুক মুংশিব নঙবু মীন লৌখিদৌ শরুক— ঐদি নাগা-লেগুকা য়োম্থোকওই, হাংলগ চাখোকনি।

কিরঃ— ঐবো?

সনা:— নঙবু নত্রবদি কনা ওইদগে।

কিরঃ— ঐবু নঙ চাব ঙমগদ্রাও?

সনা:— নোংমদ লোইন চাব ঙমদ্রবসু লৈরৌ শাদুন থমজিল্লগ মচেৎ মচেৎ চাবদ লোইখিব খঙহৌরোই। হাৎপ হৌ-রোরাও?

কিরঃ— ঙাওশিন্নবু য়াম্ন নাই।

সন:— অদুদি বেরা তৌরবু, ইমুংদ চংউ চাক চাকরসি।

কিরঃ— তল্লি, য়েঙ্গাং হাওরম্মোই চানীংদে। নঙন ঐবু লৌরগ মুংঙাইনি খনব্রও?

সনা:— মুংঙাইতদি করিনো শকহেনবী।

কিরঃ— চরা খুদিংগি ঙা, ঙাক্রা শবেং রৌ কাটলা পোংব তাওব, সঙ্গোম এরুম, চা বিস্কুইট, মিঠাই মথল মথা। কালেন্দ

ভারেল, ইলেক্ট্রিক ফেন, রেডিও, রেকোর্ড প্লেয়ার, টেলিভিসন— নঙ কদায়দৈ শেম কামধেনু থাকনি ?

সনাঃ— শেল য়াম্ম তোংব কারবার।

কিরঃ— করি কারবার ?

সনাঃ— হুরানগনি। মান থাইদৈ তোংব কারবারনি।

কিরঃ — মত্রুবুদি কৈ, নঙবু থানান হেক কাখিগ— ঐগি ছুটি।

সনাঃ— খাজিন নঙবু নশান য়াত্রুন চেনত্রা হংলরগ নঙ করি থুমগনি ?

কিরঃ— য়াজদে. তাকুসিন চিংবনি, ফাবনি হায়ন থুম্মি।
(সনাজাউন নুংশিত্ত কম্ম কম্ম রাশন হুইট হুইট কল্লি, কিরণনা চোংই জগোই শায় কপ্লি)

তাকু, হিংচাব, হুরানব, শকথীব নাইনহৈ। অয়ো ইমা, অম্মে' য়ো, ও পাবুং —ঐবু করম্মো ? হিংচাব ভাক্ত লৈব য়ুমলা সিবো ? (ইমুংদ চেনশিনখি)

সনাঃ— মধুক ওল্লকত্রা হায়ত্রুন চিংউবসিদি— করম্মো।
(ইমুংদ চংখি)

[ষ্টেজগি মঙালদু খিত্তং ভানথংপ, মমথব, নত্রগ মচু খিত্তং ওল্লগ তোম্পিশক অহলগি কিজোন্দ মমাই মকোক্তু চাদি ৫৪ গি রং তৈরত্রুন ছাটিন অমনব অম পায় কাছাড়দৈ খোরকপ মমা চাউবীগি মতোন মায় লাকই।]

তোম:—চাউবী, সিবু অহৈবম ওংবী চাউবীগি য়ুম নত্র ও ? ঐন কাউরবনরা মণিপুরদ খোরক্লব কুইরদুন।

সনা:— কনানো হুড়াবু, কনা হংবি গে ?

তোম:—অহৈবম ওংবী চাউবীগি য়ুম থিরকপনি, ঐহাক চাউবীগি বাবাগ পোকমিন্নব কাকাতোননি। মচা ও রবদি ঐভোন্দ ইথৌ কৌ নিপামচা। মচাশিংদু চেনখ্রে হায়ব তারদুন কাছাড়গি শ্রীবারদৈ লাকপনি।

সনা:— (খঙলদুন) করি ক মব খ্রুওশিন্নরি নো তোম্পিশক ? বাজিখোয় রা হংব লাক্কৌরি, চা কাফি ক প্লেট থৌরাং তৌব য়াত্রাও মী থর তিংদৌরি।

তোম:—খংন চৈনরবস্ত্র খঙদে হায়দুন তাজাউ ঐদি উতুপ রাতুপ নূংদুম নিংঙৈ অম খোমজিন্দুন লম্মে।

চাউ:— কনানো কাছাড়দৈ অহল্ল অম ঐগু থিরৈ হায়রবো ? —চৎখ্রারা সনাজাউ ?

তোম:—ঐনি ইংম্মা, নঙগি কাকতোন. নখেরগি ইভাংশিং থর চেনখ্রে হায়ব পাউ নচা তোম্পিশক্ত তম্মদুন ঐ ভরাং মুংদাং থুংলবনি শ্রীবারদৈ। নঙ ঐবু শক খঙদ্রবাও! নঙব ঐখায় তাথন্ন মণিপুরদ লৈরুরনি হায়দুন পুথিব কান্দুদ নহাক্কি চহিদু ৪ চংব কান্দনি। করম করম লেপ্পরে ? লুহোংব তারিব্রাও ?

চাউ:— (স্নাজ উদ তপ্ন) সিবু তোম্পিশক মাদ্রনে সনাজাউ ?

সনাঃ— মানিস্থ হায়ব য়াই, মানিস্থ হয়ব য়াই— হুজিকাঙ্গ অশেংবগ অশাবগ থন্দোক্লবসিনি থ্বাইদৈ য়ানরিবা।

তোমঃ—হায়দে হায়নি ইচাশা ইশুশা কৈজিংপোৎ খঙদে লু-হোংব খঙদে শেল য়াম্ন চংহনব য়াদে, তুংগি হব য়েং-উকো—। (শেখর+কিরণ লোম্ন য়েংই)

চাউঃ— তোম্পিশরিদা শক্তাথীসি, লাইমা ইকাইখঙদেদা ?

তো ঃ—(খুরুম্মগ) ইমাস্থ তাজাউস্থ ঙসিদি নচাবু ননাওবু থর ঙাকপিয়ু।

ভাবিঃ—করিনো কৈদৌরগে ?

তোমঃ—(মচেদস্থ খুরুম) ইবেবুস্থ খুরুমজগে, ঐ ঙসি ইমাগি কাকাতোন কাছাড়গি শ্রীবারদগি থোরকপ শাদুন থায়-নগ্রব বাজিগ লাম্বা অমুক্ত তৌনজগে, মতিক চাব লমন খুমজগে, ময়াস্ন অমুক্ত ঙাকপিয়ু।

ভাবিঃ—বাজিন খঙখিরোইদ্রাও ?

তোমঃ– মাগি স্পী অশেংব, মচা অশেংব মশক খঙদব নিপাদুন ঐবু, শ্রীবারদৈ ঙরাংদ থুংলববু শক খঙগদ্রাও ?

ননাঃ— নয়াস্ব ঐদি য়ারে, ননীং থুংজো। (চংখি)

ভাবিঃ– ঐস্থ নঙোন্দ ইখো কৌবিগে। উপু বাক্সিদু মমীৎ অচুম্ব পান্দবনি। (চংগি)

তামঃ—মিংগৌভমদি ইমা এক্স ফাদরন নঙগি কাকাতোন ঐ-ঙোন্দ করি কৌনি ?

চাউঃ— ঐগি খুড়াদ মান খাম কৌগদবনি। তোম্পিশক নঙসি ইবুংঙো থীন্নু থীদা।

তোমঃ করিম্নু ইকাইবিকনু ঙসিদি কাছাড়ৈদ থুংলব কুইদ্রিবন উফুলন রাওঁরবনি নঙ কাকাতোন। (ভাবন) হৈ কনা কনা লৈ চাউবী।। মী লাকই ফিদা থারোহৈ। ইবুংঙো নঙবু ঐখোয় চাউবীবু লৌরন শেঞ্জেং হায়বদু নত্রাও? লাও লাও ফম্মোর্যও ইমাক্সিদি করিমত লঙ্গোইনু— মতমসি'দ ইকাইব খঙনদ্রবনি, মণিপুরদদ নত্তে আঃ ঐখোয ক ছ'ড়দন্নু। মীনীন অম ভায় ইমা, কনা কনা?

চাউঃ— পাখঙ 'লশ বী শাদুন (মমীং খান য়েংলগ) মখোয়নীসি লাবলে হায় (তোম্পশক ফমেন্দ খোংগ্রাই চন ফমই)

[ চাউবীন ইমুংদ চংখি, চন্দ্রজিনী+শেঞ্জেং লাকই ]

শেঞ্জেঃ—কদায় কদায়দ চৎনত্রে?

তোমঃ—হৈ, চাউবী! অঙাংশা মী লাকই ফিদাকা থারোদনা। —কনা হংবিবগে? ঐখোয়' চাউবীবু লৌরন্ন ইমাক্তু ওইবিরত্রা? ঐহাক কাছাড়দৈনি, চাউবীগি খুড়াতোন।

শেঞ্জে —অদুদি ঐন মামতোন কৌব তারবা, নমস্কার!

তোঃ—নমস্কার। চৌকিদা মোড়াদ ফম্বিসি।

চউঃ— (থোরক্লগ) ফম্বিযু ফম্বিয়ু। মগা ওইথোরক্লেদা চন্দ্রজিনী

চন্দ্রঃ— দশাননি ইচে চাউবী!

শেঞ্জেঃ—অঙাংশিংবু কদায় কদায়দ লৈবগে থেংশিনবনি মরা অমুক্ত হগে ল কপ নি।

তোম্বঃ—মানি মানি খৎন চৈনব, কাদোক্রুব কত্তে। মতমগি নহা-রোল সনাজাউ মরূপ অসাই অযুক লাক্লম্বশিংদু মখোয়ন পায়রিব খুৎলাইদুদি লায়রবুন মশক্ক উবদ ফিজেৎ লাক-চেৎ শমথাক শমকক অহিং মঙদ উগপ্রা লায়বুন কিজখ্রে।

শেঞ্জেঃ—মানি মামতোন হুজিক কালসি লিক্লীন পাউরার পায়খ্রে। অঙাংশিংদুব্র কদায় কদায়দ লোৎলিবগে?

ভবি.—( থোরক্লগ ) বাল্লি, কনাগি মচীম্মো হংদোব্লিববো?

শেঞ্জেঃ—নঙগিদি ঐ খঙডি, হংত্রবস্মু যারে। শেখরদু অহানবদ কোপে ব্রকউ, মহাক লৈত্রাও?

ভাবিঃ—ঙগাক্ত শোমদা। ( মকোক্তু কি মতেক্ল ফিরুক খুম্মগ থোরক )

শেঃ— খুকমজরি পাবুং, নচাবু ঙাকপিয়ু। খুকমজরি ইথো।

( অহল অনীমক্ত খুরুম্মি )

শেঞ্জেঃ—অঙাং নত্রবদি শেখর নঙ।

তোমঃ—পাখঙ কারদুন মুপী চেম্নেদনা।

শেঞ্জেঃ—নশান য়ান অহল লমনগি বাখলকা অমত্ত তৌদন ভাবিনীগ চেম্লুরবনিনে নঙ?

ভাবিঃ—মুপী ঐগি ইচিন্দি হংদম লিপা মাগি মচীন হংবিব্রিব-দুবু ঐবু ইকাইব পীব্লিত্রা?

শেঞ্জেঃ—মহাক ঙহাক্ত ঙাইগো।

ভাবিঃ—মুপীন লিপাবু কারগ চেম্নত্রাও? মুপাগি মন্না হংলিববো?

তোমঃ—মানি, লাইগুরুগি হাক্তক্লগি মচীন হংবসি মুপীদ হংনৈ।

শেঞে:—তাইবংপান্দ ওংথে জুব কয়া লৈতে। নত্তে, সুপীন থোনা লৈখংলকপ্রব মতমনিন হায়রিব।

ভাবি:—সুপীন থোনা ফগংলমদ্রবদি বাজিস্ন অতোপ্পী ফজবী থিব ফংবিরম্মোই।

চাউ:— ভাইখো সুপী চা।

শেখ:—নহাল সিংেমা য়েংমিন্নকবদৈ য়ুমদ হনব খর থে খ্রে, ইথন ইথন্দ হন্নব কিদুন চেল্লুবনি বাজি।

শেঞে:- সিনেমা ফথেংবদু থেংনি কিনি হায়ব খঙদব্রাও?

ভাখি:—ভংিডৈ ইমানী শুরিডৈদ কিরমদে ঐবু থিগ্নম্মগ মথন্দ হনখিবদ তম্নরাই খঙদে লেংনহনব পাম্মুব্রাও? নচানি হায়বদায় কদায়দ সু শিরিবনো?

শেঞে:—ঐ গ ইংা শেখরন অদুক পাংদবা।

শেখ:— পাংদবগি ধ্রা নত্তে পাবুং। ঐগিদমক কিজরবী সুপী-মচাবু কিহন্দনব, অমদি মাগি মিংদা খীব কোবহন্নব পাবুংগি নচা ঐন থোনা থোরমদদি পাবুংন ভাকপিনি থাজদুন হুজিক ফাওব ইবেম্মসিগি মনাক্তে হেজদবনি। ঐবু লৈরবদি ননাক্ত, নঙবু কিব কৈ হায়বদ য়?

ভাবি:—তমৈরব জঙ্গলগি শা কৈ, অমম্ব অহিংগি ভূত প্রেত, সুংথিন্দ থোকপ মাইখুম হাপ্ল হিংচাব লৌনম্ব মথোয়দগি হেনব চাক তাংব চাক লাম্ব —কনামত কিডদে মহাক্রবু ইনাক্তগি লেংত্রবদি।

তোম:—বস, রা লোইরে। ভূংগি য়েংন, লুহোংব লুহোংদব, চাউব পিকপ খন্নগদবদ ভায়রে। ( শেঞ্জেং হুমাই হুম খাংই )

চন্দ্র:— নুপীমচা কিরণমালাস্ত সিদ লৈব্রা?

চাউ:— লৈনে, ঐখোয়দ চেল্লকপে, সনাজাউদা। নখোয়নী চংও, কিরণমালাগ সনাজাউ'গস্থ কৌখোরকউ।

( শেখর, ভাবিনী হরাওন চংখি )

সনা:—( অকল লমন খুকুম্মগ ) ঐখোয়গি রাদি ঐংঙোন্দ হেক্ত হংবিরগ লোইরে।

কিব:—( খে'বক্লগ মপা মমা খুকুম ) মশা মশাগি রাদ খুম্নসি, মীগি লে'ম্নস্সি।

সনা:— নঙ অসাইদু কাউরব্রাও? ( মমীৎ লাওখোকই )

কিব:— অসাইন অমনী, হুজিক্ত অমনী পথের বন্ধু।

শেঞ্জে:— নুপীমচা কিরণমালা, নঙবু নশান জ্ঞান তান য়াদুন শেল্লম্মিবাও?

সনা:— চহি ২০ শুরবীনি।

কির:— ভাইখো নঙোন্দ হংব নত্তে। পাবুং ঐ ইশান য়াজব নত্তে, পাবুংন হায়বদ ইঙ্গগে লৈবিনি। তমথীরব তাকু, হুরানবসিন ফু চৈদুন থাঙ উৎতুন পুরুবনি। থানাদ তান্নগ হুরানবসিবু জেলদ থম্মিয়ু।

শেঞ্জে:—সনাজাউ, নঙন করিগিনো মুপীমচাদ অখোব শাদুন— থাঙ উৎলগ চিংলম্মিবা? হেরোরাও?

সনা:— মচীঙ্খীরিবনি বা ওইন লৌবিরুন্সু। মান চিংউ হায়দুন ইঙ্গিৎ তৌরকপদৈ চিংউবনি। সুপীন মথুৎ তিংথোক-লক্তন মশম পায়দুন নিপান চিংব য়াপোৎ নত্তে।

কির:— ঐন কদায়দা থুৎ তিংথোক্লকইবা? তাস্নাজাউ নও অদুন্ন ওইদব ঙাংব্রাও?

সনাঃ— মান হায়রিব য়েঙ্গাং হাওত্তবদি চানীংদে, শরেং ঙাক্রা রৌ থোংবস্তু তাওবস্তু মুক্তিগি পীজৌ হায়। মতুনু মশান য়ানীংদবৈ ৱারাও?

কিরঃ— হরে হরে, মীরৈহৎ মীহাৎপশিদে।

সনাঃ— 'ঐবু লৌরগ মুংঙাইনি থনব্রাও?' কুপানি দেবী। 'ঐদি কালেন্দ ঙারেল চানি, রিফ্রিজরেটর থন্মু, টেলিভিজন থন্মু,' নঙন অপান্ন পোৎ রাৎহল্লোগ হায়ন থুমজৈ। অদুদৈ মমীৎ লাওথোক্লগ ঐঙোন্দ হংলকই: নঙ কদায়দৈ শেন্ন পোৎশিংদু নয়ুমদ থিন-দৌরিবনো? ঐন হূর ম্লগ পুরকনি থুদবু মান হরাওন নোক্লগ হায়: —'হোয়, হূরানবদি শেল্লেপ চংদব অতোংব কারবারনি।'

কিরঃ— কৃষ্ণ কৃষ্ণ, মসি নিপাসিদি মী চংহাৎ হাৎপজাৎনিদন — হিংচাবসিদ ফারগ মচীন্সি তুশিনবিয়বা দর্জী থঙদে ডাক্তর থঙদে কনানো অমত্ত, অরামন কথানো পীজগে বিদ্যাশাক্ষী. অরামন ওইন ঐবু লৌবিয়ো লৈথোক্কে।

সনাঃ— হৈ, হৈ! নঙ ঐগিনি, নশাবু য়োক্লব য়ায়োই।

তোম:—অদুদৈ করি ?

সনা:— ঐন হংখি, হোরেলদি বাজিন নচীন জবান হংব লাকনি নশান য়াদুন চেনত্রকা হায়দুন, নঙ করি হায়ন খুম্নি ? মান হায়রিব : বাজিন শাওদনব তাকুসিন চিংবনি; ইশান য়াদুন চেনব নত্তে হায়ন খুমজগে ঐবু শাওবিনু হায়খি। মান মান থোকপ খুম্নসি যেরা লৈতে হায়জখি ঐসু।

কির:— চীম ঙাংব রা, ওইদব অশেম্ব থাজবিরুমু বাজি, তাকু অসিবু কারগ জেলদ থম্বিয়ু, ঐবুন য়ুমদ পুবিরো অদুগ ডাক্তররা ইঞ্জিনিয়াররা উকীলা কনানো বাজিন পাম্ব অমদ থাজবিরো। মসিগি হূরানব চীঙ্খীবসিবু নত্রবদি দজ্জীদ খঙদে সনাশাবদ খঙদে হেক্কা লৈজগে।

সনা:— হূরানবন খ্বাইদৈ কায়বনিনহৈ। অহল লমন পুম্নমক ইমানীগি জবান তাবিরে, হুজিক্তি লেপ্নবিরো : কৈদৌঙৈ কয়া চাউন লুহোংগদগে হায়বদু।

তোম্বি:—অপঙব নাপল উৎনব লুহোংব ফত্তেকো ইমাক ইবুংঙো বেন্দ পার্টি খোংলগা লুহোংবন শিরগ স্বর্গ কায় কনান হায়বগে ?

চন্দ্র:— ইশম শম্ব কন্যাদান তৌরগ তোকপ য়াবপোৎনি।

সনা.— বেন্দ পার্টি য়াওদবসিবু মঙ য়ানীংব্রাও ?

কির:— ঐদি বেন্দ পার্টিগি লুচিংবদুদ লৈপরেংদু হুন্দলুরব্রা করিনো খঙদ।

চাউঃ— লুকোংবদি মতমসিন য়াদবন চাউদব য়ারোইদৌরি— অনীমক পুম্ন হোংবদ লিশীং ৬তি হেক্তা চংখিনি। ইজ্জংসু খর য়েংনদব য়াদে। পালাদি য়ামদ্রবসু ১৫ পেপ্লগ ময়ারে।

শেঙ্গেংঃ— কোরেল মুংদাং লুপা ১০মুক চংন কবোক কৈবোক কা সাক্ষী ওইনব অহল লমন ৫দং ফমহল্লপা মথে য় মমাংদ বন্য দান কংলগ লোইরে। সে লুপা ১০ সিদ হেম্ন তিহনব ঙাম্মোই ঐদি। নরল লৈরগ নংোয় ঘরাংপত্ত হাপচৌ। ঐ চংলে (ফুক হৌগংলি), বার্ত্তোন ৫ দং খুংন ইরগ কনাবু চংহন্নি। হৈ, তোমপিশক।

তোমঃ— হ'ও করিগিনো বাজি?

শেঙ্গেংঃ— হৈ! তোম্পিশক নঙলা ঐগি মামতোন শাংশিসিদে! চন্দ্রজিণী, চন্দ্রজিণী! ঐবু করম্নো মাইকৈ থৃংদ নমথাক লোনম ঙাক্ত, দুনিয়াসি ঐবু লক্লনব লৈরম্মিব্রাও? অশেবগ অশাবগ, অচুম্নগ মীনম্বগ ঐ খঙদ্রে লম্মাং- নবে, খঙন-চাম্নব অমত্ত লৈরমদ্রে। (ঙাওদুন চংখি, চন্দ্রজিণীন ইম্নখি)

চন্দ্র:— ঐ অমুক কল্লকখিগে লুহোংবৈ বা লোইশিম্নব। চাউবীন ওইগি মতাইদা তোম্পিশক্ল য়েংকিদ খম্ন খোইবী জগোই শাগ্রে, ময়াই ওইন বেক ষ্টেজদ শেখর অমদি কিরনমালা চিন্তাদ লেপ্লি, শেখরগ থংনন ভাবিনী লেপ্লগ নোকই, কিরনগি য়েংত্ত লেপ

সনাজাউন হৌন ভিংখৎ ভিংখৎ নোকই— । ভাবিণীন হৌড্রন শেখরসু ভল্লব জগোই শামিল্লগ্রে। সনাজাউন শাসি হৌবদ কিরনমালান মাগি খুদাংচু কারগ ময়ান চিকগ্রে।

## বারী লীবগি ইশৈ:

খঙনব মুন্দন মুংশি থাজৈ
পীথোকউবা।
অঙাওব অপঙবা তারেদো নঙ
চু'জক্তি।
অপঙব মীদন লায়ন চুন্দোকপনি
চুমাংমল।
থাজনু মুংশিনু মমাই 'নীলোং
ঙাক্তনি হে—।

বারী লীঃ—মচা মরী অশাব অনীগ অশেংব অনীগ ময়ুম পানগ্রে, ময়াম পুম্ন ককচেংন তীন্থ্রোক্ত ওন্থদুদদি বাক্সিচু তেংলে। অহল ওইরব মরল তুমখ্রব হাভিলদার শেঙ্গেংবু মতু মচা কনামতন খোশাবিগ্রে, ফাগীদ তারে।

শেঙ্গেং:—তোম্পিশক, তোম্পিশক। (ঙহাক তুমিন) কিরনমালা, কিরণমালা। (তুমিন লৈ) মমা অনী অঙাং ৪ লৈব ঐগি য়ুমনি, ঐন কৌবদ কনামতন খুমগ্রি-

বসিবু করিগিনো ? হা সু শিং। খোঞ্জেল পূম্ব নঙন পোদুন পুবিরগ থুংভম্‌দ খিনবিব ঙাক্সি। থুংভম লৈত্রদুন ঐন লাওখিব খোঞ্জেলদু নঙগি গর্ভদ তুম-থ্রবজাংলা ? উপু বাক্সি, নঙস্থ শেল ময়েক অম কাওব শঙদ্রে, বাই শংলে, অচীকপদ পোথাব মুংশিংকুম মুপী অঙাংন হুন্দোকপীরব ঐগুম! (তুমিন)

— ও ভাগিনী, ভাবিনীম', শাগ উচেক মরোল খঙনদব-গুম তানদ্রে, তারবস্থ খুম্নদ্রে, থুম্মকপ মকু মখোয়গি মরোলস্থ হুই ঐন খঙদ্রে! (তুমিন) নখোয়বু ঐগ অহনব শক খঙনব কান্দ নকোক নকোক্ক ননা অনী অনী পানখিব উহোইদ ঐবো! জঙ্গলসিদ কুইন লৈব চুমদ্রে ঐ—। মসিমদি অচুম্বনি। অমুক্কুং কৌখিগে: ও তে ম্পিশক। তোম্পিশক!

তোম:— অদুক হোন হোন বাক্সিন মী পুম্নমক কৌরিবদুবু ঙাওরব্রাও ?

শেঞ্জেং:—তামন্দদুনা হোন কৌরিবনে।

তোম:—হোমন্দুন তানদ্রিবনে, কৌমন্দুন তাফম খঙনদব, তাইবং-পান্সিদি পংকোদ কৌনৈ, খোঞ্জেল মপ্পামদুদগি করম্ব খন্দোক্লগ তাগংগে হায়বদু, খঙব মতম চংএ। বাক্সিবু ঐন অসাই মথৈ কৌবদু তাবিদ্রাও ?

শেঞ্জে:—কৈদৌ কদায়দ কৌথ্রিবা ? ওইদব ঙাংগম্মু তোম-পিশক।

তোমঃ—ওইদব নত্তে বাজি, থম্বাই চাক্ল হৌন কৌগ্রপোৎনি ঐস্থ।

শেঞ্জেঃ—করম্না? করি হায়ন কৌগ্রিবা?

তোমঃ—নচা পাখঙ ফাবে, মফি মরোল মতিক চান শেৎতবনিন মশক মত্তৌন থর ব্রাং, মহৈ মশিংন শোগৎপ্রা শোগৎতা, মশুং মমাম্নবন পুংশিৎ তৌন উবিদ্রে। করম্নো বাজি চায়দ্রন ঐন কম কম অয়ুক পুংশিল পুংদাং পুংজা খুদিং লাওরিবদু তাবিদ্রা?

শেঞ্জেংঃ—মু শি কুম্ব পাঙ্গল্লব নঙবু মীন উবিদ্রবদি উবা য়ুম্ কৈ ছশোনব মখৈ তেক্লব ছমদোকউ। নোং লৌইনৌ লৈদ্রন ছুম্মু খাক খোংনম লৈচিন নেংথাংস্থ হৌখো— নরোল ওম্নদ্রন মীন থঙবি—তাবিদবনি। ঙাইখো, ঐন চা খিংত ৎকে, চাকস্থ লাম্মে কবোক খোইদ্রুম অনীদংদি পীক্কৌ হায়নব অদ্রুক অদ্রুক কম কৌবদ নখোয় অমত্ত তাদ্রিব করিগিনো?

তেমঃ—করিস্থ লৈতব বাগি অদ্রুক হৌন কৌরবদি কনান ত্তাদগে? হোটেলদ চংলগ চা কপ অমদি নীত্রন থকউব য়াই, কবোক য়ে নবী ময়ামদগি খোইদ্রুম মচা অময়মদ নীবদ মুমিৎ ছুম্নি চাননি।

ঐগোয় ইমা অনীদু ছজক খৈদেন্দ কারগ করি য়োন্দুনমীয়াম থাকদগে থম্নরি।

তাচৌখোয় ইচেখোয়স্থ করি থবক তৌরগ শিদ্রিকাওব শেৎপ চাব ফংনব থম্নরি চেম্নরি, মতমসিগি অঙকপ

লান্দ চংনব খুৎলাই থিনৰি। চা কপ ১, কবোকখোইদুম অনীদি ঐন কেটেলদৈ নীরুরগ বযোবয়োনবীদে লাক-লুরগ পীন্দব পীথকপ ইরাই লাই—অমুক্তি রা নোংমগি রাদি। ঐগি কাদ বাজি তুমিন্ন কমদুন অমুক্ত লৈবি-রম্মু ঐ থিকুগে চিনি, চা, কবোক, হৌন কৌবদ কান্ন-দবদো তুমিন্ন লৈরগ কান্নব্রা অমুক্ত য়েসি।

( মচাদ মুন্ন য়েংহ, মচান চিদুন পুখি, পা থম্মুরগ হনখি )

শেঙ্গে :—কুইরক্নুকো গুপামগা।

( তোমপিশক মচীন্দ খুদোম্বী থম তুমিন লৈনা ইঙ্গিং তৌহ, অদুগ চংখি )

[ চন্দ্রজিনী অমদি চাউবী চিংনদুন ফানদুন লোকমিন্নরকই ]

চন্দ্র:— কান্নদে থাম্মুম্ম ইচে চাউবী, নখোন্ন ইমুংগি মীশিং থাবদ ঐগি মিং মুৎলো। হৈনৌ হেকপ লোইরবদি চৈশাং ক চি ঐ কান্নদ্রে।

চাউ:— ঙাইখো তপথখো চন্দ্রজিনী, ঠিকা অমগি য় ন্নরাংদি লোইরে। ইমানী পুন্নগ লায়ন পংবয়াব থবক থরদি লৈরি, অদুন থায়ং গুমদি, অতেপ্প ঠিকা অ গ তখিসি। ইমানীম ক ক ন্নগদব।

চন্দ্র:— ঐদি থবক অরাব নোম্মগ শেল তান হিংবতন্নি, ইচে চাউবীন থবক্কি মীনি। ইমানী শিন্নব মুংঙাইরোই।

চাউ:— ঙাংব হৈব লৌশিং লৈব নঙন থবক্ক লৌও রাব ভন্দব ঐন থবক্কু পাংগে। নঙন কোক, ঐন খুৎ, শেল

য়েম্নবদ নঙন হেম্ন লৌখিব, ঐ করিমত্ত শাওরোই।
চাম্নরুবন ঐ খায়ননিংঙ্গ্রে নঙগ। (কোয়ৈ চাবৈ—
মমাই মমাই থেংন। মনুংদৈ কৌরকপ ভাম্ন)

শেঙ্গেঃ—(মনুংদৈ) ওঃ তোম্পিশক, তোম্পিশক। নমাখোম্ন
অমত্ত লৈত্রনহৈ? চন্দ্রজিনী। চাউবী।

চন্দ্রঃ— খৈদেন চৎলসি, পোৎকমগি ব্রাদু হায় ঙাংনরুসি। অঙাং-
শিং অমত্ত লৈত্রা করিনো অইলসিন পংখোংদ খোংই
উরেংকোম্থোগুম।

চাউঃ— হৈ। অঙাংশা। নপান কৌরিবসি থর খুম্ন যাত্রাও?
থর হংউনহৈ। ঐখোয়দি থবক অরুব চৎখি হায়য়ুকো।
(লোম্ন) চেনগ্রসি, তাদনব। (চেনখিম্নখি)

শেঙ্গেঃ—(মনুংদৈ কৌই) তোম্পিশক, চাউবী। চন্দ্রজিনী।

[ শমজেৎ মি'শেল পাম্নরক লোইব নাইদন
শেখর মুপী মাল্লগ মশমহাৎ মুট টাই শেৎলিৎ
মথক্ত ফি মক্তম মচা অম ইন শেম শাব
হৈতবদু উবুদ ভাবিনীন খোরক্লগ ]

ভাবিঃ—ঙাইথোও, করি মকেনো পাম্মিবো? মুপী মাল্লগ ফজব
জাৎলা নিপাগি অশেংব মফজরাও?

শেখঃ— মুপীগি মতৌ মওং ফজব মখৈ থল্লগ নিপাগি নিপা-
খোকপ শক্তমগ সমাস তৌব কম্পাউণ্ড অম শেম্বনি
ঐন পাম্মিবসি।

ভাবিঃ—কদায়দৈ, তৌরিবদুদি সমাস নত্রে কম্পাউণ্ড নত্রে।

শেখঃ— করিনো অদুদে ?

ভাবিঃ— নিপা থোকপ ফিজেং চাকচা, মওং মতৌ উংলো মুপীন পান্নরিবসি মুপী মানববু নত্তে, পূক থলহনব ঙমদোব অথোব মালহল্লো, মুপী ঐখোয়দি চাগল্লে।

শেখঃ— মুপীগি কজবদি কদায়দ ফুংদোরি ?

ভাবিঃ—থমুংদ নাপল তৌদব ইক ইথীব নোংল্লুকপ থা বদি কনুব য়াইরী। থবক বান শুরুরগ য়াম্ন পুশিল্লকউ অদুগ খিত্তং চারগ কমত্রন ঙাইরম্বী মুপীচুদ অয়াম্ব পীজথোকও, মতুম তৌরবদি মুপীন য়াম্ন চা বনি।

শেখঃ— নঙস্থ কমদুন ঙায়বী মুপীচুনিকে ?

ভাবিঃ—( মঙক নোমই ) উম।

শেক্সে —( মমুংদৈ লাওরকপ ) চন্দ্রজিনী, চন্দ্রজিনী! ( কয় ) চাউবী, চাউবী ( কয় ) হায়ং মপোক্ত ননা পঙউকো।

শেখ.— ঐখোয় বাজিগি খোনসি য়াক্লেহায়। করি চনীং থক নীংব অমূক্ত হংউনে।

ভাবিঃ—থোনয়াকসি ঐ মুয় খঙডি, চুম লাম্ব থৌরাংবৈ নত্তে, থৌশাবিত্রে হায় শাওনী বৈ থোম্থোকনি।

শেখঃ— সেবা থয় তৌরম্মু, হয়েং থবক্তি ইণ্টরভিয়ুদ হংলকপ য়াব য়াহং খিত্ত ভায়রুহিগে।

ভাবিঃ—শেল থয় চনশিনপ্রব ডিষ্টর এক্স য়াইগ য়ারী শাও, অহৈগদি কায়রোই

শেক্সঃ—( মমুংদৈ কোরকই ) ভাবিনী, কিরণমালা!

শেথঃ— চৎলো, থর খুশো। ( চৎখি )

ভাবিঃ— ( তপ্ন তাদনব ) হাও বাজি, করি তাকপিগদবা ? থর শাওহনবদি মতিক চাব হনুবনি। চৎলো দিয়ার, অহনসে ঐথোয়গি অশেংব ইপানি, ঐথোয়ন মাবু নুং-শিবন যান্ন হেনবজাৎনি। বাজিগি কনবনে ঐথোয়ন তাশিন্নত্রিবসি, মচানীংব মচা কাউদব তন্বিরিবনে তোইন কৌহল্লগ।

শেঙেঃ—( কৌরকই ) তোম্পিশক। সনাজাউ।

ভাবিঃ—হো, বম কৌ, নচা অশেংব ঙান্নি কাউদনব ( তপ্ন ঙাংই ত দনব )

[ কৌদব মাইকৈদ চংখি। সনাজাউ হাথু হাথু লাকই, ইণ্টরভিয়ু চৎলুবদৈ ]

সনাঃ - কিরণ, হৈ, কদায়দ লৈবগে নথোয়বু ? কিরণ। ( অম-রোমদ অমুক অমরোমদ অমুক থি কোইরেং রেংই )

শেঙেঃ—( কৌরকই ) তোম্পিশক। হৈ, সনাজাউ! ঐবু চা কপ অমত্ত থকেহৈ। সনাজাউ।

সনাঃ— কিরণ। কয়ম অহনবো মথদাংবু লাইম কল্লিদা। কৌব তোয়রবদি খৌরাংব হেন্নিয়ে, তুমিন্ন হিপ লৈয়ো খৌ-রাংদনব। হৈ কিরণ। ( মমীৎ চুপহ )

[ নাকল অমদ চংখ্রিডৈ, অতোয় নাকলদৈ মফি মরোল ময়োম অম কোল্লগ কিরণ চেনগে থোরকই, সনাজাউ উই, কারগ ]

কদায় চত্তৌরিবনো ? নকি নরোলকা য়োম্মদুন।

কির:— ঐবুদি কৈস্থ চৎলোই, চেনগে তৌশিন্নবনে। চান্নন চেনগে তৌব নত্তে।

সনা:— চেনব ঔরাইরিবা ? নঙবু নহাল কপ্পদু পেলহৌদ্রব ও ? অমুক্ত চেনসি হায়ব্রাও কপ্প পেন্নবা ?

কির:— নঙবু দুংশা থীহনগে তৌ শন্নবনি।

সন:— ঐনা সুংশা থীরগ নঙন সুংঙাইরিব ! চাক লাম্মকওই-দ্রাও ? কন্না কুইন সুংঙাইনি মদুন ?

কির:— উঝা হাপ্পগি ইন্টরভিউ চৎলুবদু কমদোরে ? পুক থক্লদ্রাও ?

সনা:— ঐগি মিং কৌরকপ ঙায়ব ঙমদন চেল্লকইবনে, কেন্দি-দেট য়ামগ্রে, ১০০ মুক শুনি।

কির:— কৈদৌন চেল্লকইবা ? হুজিক কৌরম্মবদি কমদৌনি বুদু ? চাক্ত চাবজাৎলাও ? কদায়দৈ ফৌনো চাথুমদ হৌরক্ত দববো ?

সন:— নঙন অচুম্ব শারব্রাও ? মীৎ ওই থংবসি ফিদ্রাং ফিদ্রাং চোংই হায়দুন চেল্লকইবনে। নঙন চেনখিগে তৌরম্মি-বসে ইমীৎন তাকপিরকপনে, শোইরম্মোইদ্রাও ?

কির:— চকুদ চাক থর লৈহৌই, চর ব্রানখিগেরাও ?

সনা — লৈহৌব্রনে ?

কির:— চাকথুম নিংশিংদুন লাকপ্রা হায়ব থঙনীং তৌবনি চাক-পুদি কদায়দৈ, লৈহৌপোৎ নত্তে।

সনঃ— লরুরিব্রাউ ?

কিরঃ— চাক নীংই হায়দুন থাগৎলিবনে। মীৎ ওইথংব চোংব থুদিং'গ য়ুমদৈ নুপী মাঙনরবদি, মীতৈ নুপ পুন্নমক মাগি মাগি নুপীদু য়ুমদৈ চথোকপদ ফুরিৎথাওদ হাপ্পব তারেনে?

সনাঃ— মাঙখিদোশরুক হাপ্পন শোইদে। নঙন থঙপোৎ নত্তে, চাউথোক চাউন ভাপ্পম্ব নথোয়ন লৈরমদদুন য়ুমদ মম্নমবদুদি মীৎসি তাঙবদৌন য়াম্ন নুংঙাইতব জাৎনি।

কিরঃ— নুপী হাম্ন খিপ্পগ চারু কোম্ন খিবদি অপঙবদন তৌবনে। পুকৈ চাউদব মফমদ নুপী অমত্ত থবাই ভান লৈনীংপোৎ নত্তে।

সনাঃ— অদু ওইরবস্তু, চথোকখিব নিপাবু মঙ্গল ওইহনগে হায়রবদি নুপী নথে'য়ন নিপাবু মবুক্লিং লাংহনগনো। হরাও হরাও থোকহনথো, মোমোন মোমোন লৈহৌও!

কিরঃ— নঙ্গোন্দ অদুম হায়ন তৌরুরবদি কোম্মোংদৈ অমুক হেক্কে হন্নকনি।

সনাঃ— করিগি ?

কিরঃ— চাক খাকথৌরিব্রা হংলব।

শেঙ্গেঃ—( মনুংদৈ কৌরকই ) সনাজাউ! সনাজাউ! নুপীন ঙম্ব চাকমী।

সনাঃ— লাংগনো হনুব তানীংদে। মশক কজবী নুপী লৌব হায়বসি কোক থর চাউব হৌনৈ। ভাব তাদন ঙাংগনু।

কিরঃ— চৎলু ইন্টরভিউ লৌভমদ চৎলি, ঐ কোম্পোংদ ঙায়গে, নমাই পাক্লকত্রবদি ঐ য়ুমদ লৈহৌগে। পুকৈ খিন্দুন মুপী লোয়নো নকোক চাউনীংব্রবদি। ( চৎমিয়খি )

শেঙ্গেঃ—( থৌরকই ) তোম্পিশক, তোম্পিশক ! চিঙ্খীবাও !

[ কবেক খোঙচুম অনীগ চা কপ অমগ পু-লাকই তোম্পিশক য়াঙন, পীরৈ, হয়াওন চায় থকই— কম্মগ অমদুন মতিন য়োৎতুন য়েংই ]

তোমঃ—হাওব্রা বাক্সি ? ৱান থিরকপ্রপোৎনি শেল য়াওদন।

শেঙ্গেঃ—খুব ওয়ক্লম্মদি হেম হাওয়ম্ব য়াই। শাওনিংব কোক্লব চাব থকপ ওইন তোবন মহাওবু মুম্ম খঙ্গহৌদ্রে। চা কপ অমগ কবোক খোইচুম অনীগ ইশাদ য়াওখ্রে, নঙগি লমন ওইন।

তোমঃ—লমনগি ৱা খন্নুনরুরবদি ঐন চাউরকইবসি বাক্সিগি হুমাংময়ি। ঐ ইশাসি পুম্ন বাক্সিদ কথোক্লগে ?

শেঙ্গেঃ—কায়দে, চা কপ অমগ খোইচুম অনীগ লৈবদ পুং ৫ চংব হুমাং নম্নথীবদু। ঐ ঙসিদৈ থুমসি থাদোক্লগ চৎগ্রনি।

তোমঃ—কদাইদ ? হোটেলদ্রাও ?

শেঙ্গেঃ—ময়ুপ মপাং খিরুগে অমদ নোংম অমদ নিনী চায় তুম্ম পুন্সিসি তুমহল্লুরগে। কবিগুব উপু বাক্সিদ হাগ্নব শেল পুব নত্রগ তানব ফংলগদি অদুক হল্লকখিগে নঙগি লমন শিংব।

তোমঃ—ঐগি চা কপ অমগ করোক থোইদুম অনীদুগিরাও ?

শেঙেঃ—মতুগি মথক্তু নঙবু নবুক থমব য়োক্লশিন্নকপ ওমদবগি লমন।

তোমঃ—চৎপ্রগু বাজি লমনগ অমত্ত শিংবিসু। নচা নবাও মরীমতা কাওর অহল মথোং হুক্তব বাজিথোইগুম্বদি লোজনাম পুজনাম কল্লি হায়রুন মীন মুংশিনদে, শক-কাওর য়েংনীংদে। ঐথোয়বু ইকাইহনগনু বাজি।

শেঙেঃ—থাং অশাবদ নুং হরাই কাওব থাংব ওবগি মতম অমদি মৈশাগি ওমথৈ লৈ। ঐহাক পোথাইদোরে; সিদ লৈব য়াত্রে।

তোমঃ—ইমাথোয়, ইচেথোয় তাদথোয়দসু ঐ কম হায়গে মৈ মুথৎনব।

শেঙেঃ—ঐবু থাম্মনু তোম্পিশক, চত্তব য়াত্রবনি।

[উপু বাক্সিদু মাপি ওবোংন য়োম্মগ পোথৎলে, চৈশু অম পায়রে। চৎনব শেম শারে, শেখর, সনাজাও, ভাবিনী, কিরণমালা মথং মথং থুংলৈ। "কৈদৌরে ? কৈদৌরে" ? রা রা লাওনৈ।]

তোমঃ—য়ুমসিদগি বাজি চৎপ্রগে হায়রে, মকপ মপাংগি য়ুম, অমগি মথংদ অমগিন নোংম নোংম লৈকয়গে থরে। ঐথোয়ন বাজিবু থৌশাবিনব অসি থর হাকমনব জাৎনি।

শেখঃ— করিগি য়ুম খাদোক চৎলুদগে পাবুং। খর লৈরবদি ঐখোয়স্থ খবক ভৌরনি, চাব খকপ ম্পুংঙাইরনিয়ে।

ভাবিঃ—বাজিন চৎলগে হায়রিববু ঐখোয়বু শাওহুন ভৌরিব- জাৎলাও? লৈতব লায়রব হায়বসি খর খাংনব তাবনে।

কিরঃ— ওঃ পাবুং। অতুক অহল ওইরবদ কনাগি ময়ুমদ তাং- হুন লৈরুদৌরিবনো। চৎপিখিনো ও পাবুং পাম্মুবাও।

(চন্দ্রজিনী চাউবী পরপ পরপ চেল্লকই)

চন্দ্রঃ— করিনো করিনো কৈদৌরবগে কপ্পরিবদো?

চাউ:— অশি অনা য়াওরব্রা হায়হুন পাখৎলুরেদ। করি করি হায়নরিব? নঙ বাজিবু বৃন্দাবন চৎকে হায়রিব্রাও?

সনঃ— বৃন্দাবন্দ নত্তে ইমা, ভোম্পিশক্ক হায়বদি বাজি য়ুমসিদ লৈনিংদ্রে, মরূপ মপাং খঙন চায়ব খর খর ম্পুংঙাই- রিব খিরগ নোংম নোংম চাকথুম মহাও তংব ওইন পরিক্রমা চৎকে হায়রিমানে। ঐখোয়ন কত্তে, ভৌবিমু ....মীন ঐখোয়বু নোক্লনি হায়হুন ইকায়রিব।

শেখ:— করি করি পেন্দন লৈবদু হায়দোকপিয়ু, য়ুমসি হুন্দাক- পিরম্মবদি পাবুংগিদি মরূপ মপাং থাকপিনব পঙলৈ লৈরম্ব য়াই, লৈহৌব ঐখোয়দি য়াহৌনি, ইকাইহৌনি।

চন্দ্রঃ— মতম চাদন পংশাও শাওগৎপিম্মু মখোম্ম পাবুং, ইচে ঐখোয়নীস্থ ফিয়োনফম ফমদৌরে, খর লৈরগদি চাব খকপ য়াৎলরোইয়ে।

চাউঃ— করি মুংঙাইতব, পেন্দব লৈজুন য়ুম থাদোক্লগ ভিক্ষা চত্তোরিবনো ? অতোপ্প অতোম্বী অম অমুক থিনিং-লক্লবাও ?

শেঙ্গেঃ—চাউবী। খোইদৌশিক্লকনু। ইমুংসি নংলে ঐ থঙভি, ঐগি ইরালমু থিত্ত নত্তে। নখোয়ন ঐবু শেল খোক্লে, অহল ওইরে হায়তুন ঐবু খোশাবিদব, ঐন কৌবদ তাবিদব, ঐ শাওদে য়াম্ম, তাইবংমী' হৌনশানি। ঐন হুজিক য়ুম থাদোক্লগ চৎলগে হায়রিবসি ঐগিমু নখোয়মু ফনবনি। ঐ লৈত্রবদি চাবমু থর হম্বরনি, পাখোল শীনব কৌবমু তাররোই। অদুগ ঐমু নখোয়গি নতৌদ্র উত্রবনিন খোইদৌমু ইংলনি। মরুপ মপাংদ তোন-খিব শেল থর খোরুগে, পুব ফংলবমু পুরকে, নত্রগ শোৎলক্কে। ১০ নি মুক্তনি ঐন চত্তোরিব লংফৈসি। ঐন নখোয়দ শাওব চুমদে, ইচৎ ফত্তব ইরল লৈজদ-বগি মশান তারকফম খোকপ কিভমনি। য়েংউ উপুসি তেংলবনি—( য়েংহল্লি ), তথ্বাইদ ওইরবমু থল্লগ হয়েং-ঙাই পোত্তুন পুরক্কে। নখোয় কপকনু, বিদায় !

( মথুৎ থাঙ্গৎলি )

তোমঃ—ও। বাজি। অহল নঙনবু লংকৈদা।

কিরঃ— ও, পাবুং, ও, পাবুং ঐখোয়বু কয়ম্ম লৈহৌদগে।

শেখঃ— পাবুং, ঙারৌমুকো নচা লাইবক থীব ঐখোয়বো।

ভাবিঃ—শিখিব নত্তে কপত্রবমু য়াইদা।

সনাঃ— শেল অরোনব খৈদোকফমদৈ পুরকপস্ত য়াম্লিপোৎনি।
কপকম্নুসিদা।

চাউঃ— ও। ইবুংঙো চুমদ্রিং চৎপ অঙাওবাও।

চন্দ্রঃ— ও। মথোয় পাবুং পুকফবাও, নঙবু করম্ন কাওসিগে।

[ পূম্ন কপমিম্নব লাওমিম্নব ]

---

# নিপালশুব মীৎয়েং তাভম

অহিং কংলা পার্কত।

[ শেঞ্জেং মকিমোৎ ঙবোংশুপ অকম হৌবগুম থক থক নিক, সন্ত্রীনুং মথোঙদ হিপই, বাক্সিদ মোন থাং। ঙহাক তারগ ]

সন্ত্রীঃ— শেঞ্জেং, নঙবু অকম হৌরব্রাও? ভূশিমব্রা?

শেঞ্জেঃ—( হৌগৎলগ ফিংন উপু অহাংব হাংদোক, মমুংদ মথুৎন মাই, হৈদোক্তুন য়েংই, করিমত য়াওদবদ ভুমিন ঙকই ) কনানো ঐবু হৌদোকখিগুম ভৌবহুবো। ( নিকই )

সন্ত্রীঃ— নঙবু অরুম হৌরব্রাও? করিগি নিকই?

শেঞ্জেঃ—হাও, ( ভুমিম ) মেলেরিয়াগি মহিক্র নত্তে, রারী লাইরিক অফকত্ত রাখলগি মহীক্র থমোইদ চিকপদ নিকপনি। রামায়ণ মহাভারত ধর্ম্মগ্রন্থ, ইপানাৎ ইপুনাৎ অপোকপ নীংব, কদায়দ চৎব্রে? ইমুদ ঐবু শক থঙবিব্রে, ঐন কৌবদ কনামত খুমব্রে, লোন থঙনব্রে। করব কুইনাইন ইঞ্জেক্সন ভৌখিবন মতৈ মনাও মপা মচা, মচিন মনাও মুংশিনব্রিবনো?

সন্ত্রীঃ— হিংনব হু, পুক থল্লগ শোইরে, অক-ফঙ, অচুম-অরাস

হৌনব হৌনদব পুন্নমক খোংবান ফুননব্রে, লখী পুন্ন-
মক কুৎব্রে।

শেঙোং:— লগী কুৎহল্লি’দু ঐনব্রা ? মীন মবুক শিংনরিবদু ঐগি
ইরাল—লা ?

সন্ত্রী:— খঙদে, নঙগি শরুকন্সু খর য়াওব তায়।

শেঙোং:—ঐন মতীকচাদ্রব সুপী অঙাং হন্দোকপগিরাও ? তল-
হন্দে, কেথোকহন্দে, জ্ঞান তাহল্লি ঐন মথোয়বু, মদু
ঐগি হিসাবত চাগার' চাদিংলা ? ইশাদৈ খোকপ হুমাংবু
ঐন তৈথোকনিংবদ তৈথোকপ অতৈ কনানা খিগৎপ
চুম্বগে ?

সন্ত্রী:— খিগৎতে, কনানসু, নঙসু সুপী অঙাংদ শাওব চুম্মিব্রাও ?

শেঙোং:—য়াম্ন শাওরুবদি চুমব্রে, অদুবু খিত্তংদি শাওব চুম্মি :
সুপী অঙাংগি মবুক ৎলহন্নব, মউন্দু ফিন কুপ্নব, মথোয়ন
নারগ লাইকন্নবদ অহিং তুমখিদনা মদুগি মমলবু ঐন
কৌবদ তান তান খুম্বিদব্রাও ? ( তুমিন্ন লৈ )

সন্ত্রী:— তাইবংপান্দ তৌবিথিন্নল খিব অরেম্বনি খন্দুন নঙন নয়ুম-
দগি চেল্লুবদুনি। মদু খিগৎলুরসু, সুংশিং মপৈদ লুপ-
খিব খোঙ্গেলগুম্বনি।

শেঙোং:—অঙকপনি তাইবং লীচৎ, অঙকপনি ঐগি সুপী অঙকপ
জীবনি শেঙোং নঙসু। ( তুমিন্ন লৈ )

সন্ত্রী:— হুজিক নঙগি কন্নি কন্নি পেন্দব লৈন্নিবা ?

শেঙোং:—তৌশিন্নবন লৈব্রিবা ! অশেংব অচুম্ব হায়বদু মমিংদি

মলৈরি মশাদি তাংকি খয়াংত উমগ্রে। তাং হায়-
রিব হিংচাবদুন মবুক লাম্মব মন্তমদ লৈতোম্ন অশেংব
হায়বদু উংলগ পীরকপকান্দ মীনম্ব।

মন্ত্রীঃ— তাং নন্তন হিংব রারবদি নওসু তাং তৌরো, খাজহল্লগ
হাংপ হায়ব ধর্ম্মদো চংলো।

শেজেঃ—উম, মত্ন চংপ তারে গুরুজী, পুন্সিগি খোংবান ঈশিং-
সিন গ্রক গ্রক কংশিল্লরুব মন্তমসিদ ঐস্ন চাংয়েংব তারে।
তাইবংমী খাজনরনো, ঐস্ন মীস্ন তাং ঙাক্তনে হিংব
ঙম্নব, মমিঙ ওল্লে তাইবংমীগি "তাং মী ঙাক্ত কৌনরোও

(রাম্বদুন তুই)

অরাপ্পদৈ রারী লীবন ঈশৈঃ

শারৈবাক ওল্লে'—হৈ লাইরৈবাক নঙ
পুক্ত খল্লগ হিংও হৈ তাং মী শ।
অপঙব খরতবু অশেংব ঙাঙু ইন্সিনবি
মবুরু হোত্রোং, ইহো হোহন;
অশিঙব নখোয় মল্লাম্ন লৌনম্নি
মমিক্তে মপিন খক খক তা।
করম্ন পাংগনি চাউখং খৌরাং কয়া কয়া—
হিংগনি চাম্ন কয়া কুইন?
হাংনরো খিল্লরো নপা নচা নতৈ ননাও,
খদংলো মরী মুংশি চান্নন খাজনবা॥

[ঈশৈ লোইরমদাইদ শেজেং হৌগংলকই
চেজেং নুংদুম খর খুল্লগ বাক্সিদ হাপ্লগ চংখি]

# মাপল শুব মীৎয়েং তাভম

শেঙ্গেংগি য়ুম, অয়ুক নোং ঙানফুং ঙানফুং।

[ মফি মোৎলি, উপু পোরি, চৈশু অমসু মশা ঙমদহুন শুরগ ঈশৈ নেম্ন ঙংল শেঙ্গেং তপ্ন তপ্ন লাকই ]

শেঙ্গেং—ফজব নঙনি অচুম্ব,
ফজব নঙনি ক য়ব মুংঙাইব,
ফজর লোইরে হৈ, নোরোক্তানি।
ঙাল্লিদৈ খঙহোদেকো সত্য,
তাইবং মীরোল হুক্ত ক'থথাং,
ফজরগ লোইরে হৈ তাইবংপান।
হুরান চিস্থী নমথাক লোনম,
নরুম্বীসু লোৎলু মীরুমদা ;
ফজরগ লোইরে হৈ মৈঙালদ।
নঙগি মাগি ঐগি
মীৎয়েং তিমদে কয়াইসু,
কৈ ফত্তে, চুপ্মি লাল্লিদ, সত্য!
থঙ্গাইন থাজব ফজব,
ঙাংউ শকউ ওইদব,
মহুনিদৈ অচুম্ব নোরোক্তানি।।

করিনো ইস্থমজনত্রা ঐবো ?
অরানব হকচাংসিদ অচুম্ব রাখল মচেং অম চংথিবদ মুহারারিবজাৎলা ? অমত্ত হৌত্রিন, অতানবদ হৈনদব শেকপী, মকু ওনত্রবজাৎলা। ইমুমনি, মাঙ্গোন্দ কাথৎ-তুন তুমথোক্কে।

[ উপুদ মোন্থাং তুমথৈ থক থক নিক। কিরণমালা মমীৎ নোইতুন হৌগৎলকই, থোরকই ]

কির:— কনানো ত্তৌরিসিদে ? ৈ'মা বাক্সিনিনা! ওঃ তাম্নাজাউ বাক্সি লৈরেনহায়। ( চংলগ তাকউই ) তোম্পিশক, হৌগৎলোন্হায়।

[ সনাজাউ, তোম্পিশক ভাবিনী, শেখর মথং মথং থোরক্লগ য়েংলৈ। ]

সন:— ঐখোয়ন অদুক রান তরানিমুক থিবদি খওদ্রগ মথন্দ উকাবীদোন মাঙ্গোন্দ কারক্লেদনা।

সেখ:— লাংখিনু, য়াম নুংঙাইন তুম্মি। হকচাং ওমত্রবজাৎলা করিনো ?

তোম:—ইমা! ইমা! হরাওব য়াওরোও, ঐখোয় বাক্সি লংকৈদৈ থুংলরে।

ভাবি:—তোম্পিশক, বাক্সিগী বাক্সিসিবু মবুক থম উত্রা হাপ্ন উত্রাও ? মোন অম লোথোকউরগ থাংহনসিন্না বাক্সিদু য়েংনব ?

তোমঃ—কোম্ন য়েংসি. লাংখিনু ইচে।

( চাউবী চন্দ্রজিনী ফিংন লাকই )

চাউঃ— কঁরিনো কহিনো মৈ রাং ওকপ্রবাও ?

চন্দ্রঃ— অঁতাংশা কক পুরকউ ফিরোল, মোনসু কম থাসি নিংথিন হিপ্নব। ককচাং ভুমদন উই।

[ময়াম চংতুন লাংঙি, কক থাই, ফিরোল মোন পুথোরকই, থারগ তপ্পু থাঙ্গৎতুন হিপ-হন্নব থাংদোকে তৌই। সনাজাউ উপুব ক্সি শংকে হায়তুন পায় তোম্পিশকসু পায়রগ য়াইয়ে, শেঞ্জেংন উপু নমতুন পায়রগ হৌগৎ-লকই]

শেঞ্জেঃ—ভাইখো লারুথিনু, ঐ নিংথিন য়েন্নবিগে।

[অনীদু থাদোকই ময়াম ভুরু য়েংনৈ। চন্দ্রজিনী অমদি চাউবীন থাংতুন কক্ক কম-হল্লি, বাক্সিদু মনাক্ত থম্বি ]

চাউঃ— অঁতাংশা চাকাঁ থর লৌল্লু নহে।

চন্দ্রঃ— ককচাংসি সোম্ন উইদ। মাইবরা ডাক্তর্রা অমত্তং কৌ-রুবর্ন চুম্মিদা।

শেঞ্জঃ—উপু বাক্সিদ য়াওরিব মমল লৈব পোৎশিংসি করম্ন য়েন্নদগে হায়বদু ত কে মুম্ন তাও। ( ময়াম্মক মনা থাঙ্গত্তুন তায়। ) ঐন মথাংতৈদ নথোয়গি তৌবিখিব, য়োকপ থাকপ ফিরোল নপোৎ নচৈ লোয়ন কাউব্রো'। ঐন লম্বী